# ৱাহৈ খরদং

পোকপীরম্লে পলেম্না ঐহাকপু, হুন্দোকপীরম্লে নৌনা তাইবঙগী অৱা সুংঙাই ঈপাক্তা, মপোক লাংঙোন নোংদম থীবনা হিক্লা কপ্তুনা লেপ্লে পুন্সিসে, পোন্দা য়োকপা চেক্লাগুম পাপক্লী য়োৎহিল্লিংনা খুরৌ থাংবনা মনীং তম্না পায়রিবা চেক্লা শঙ্গু-লক্তা তিম্না ঙমজদনা, ঙসি ঐনা ইপা'লক্তা তিম্নজনীংবগী অৱাবা মৈচাক্কুগী মিৎলু নাপোম অনিদগী শিন্থরকপা পিরাংনা, মুক্কী পান্দম ওই, পাপচেম্বা থম্মোয়দগী খোম্থোক ৱাহৈনা পঙলবা ঐগী কলম ওই, ৱাখল লমজিংনা সমাজগী ঈচেল ওইনা হৌজবা 'মেঘনাঠ' হ'য়বা ময়েক খরা অসি চাওখৎলবা সমাজ সাহিত্যগী ঈচেলদা তিঙ্গেগে। তিলহন্বীযু সমাজলক্তা ঐগী 'মেঘনাঠ' পুকচেল চাউবা ওঝা অমদি ছাত্র-ছাত্রী, মরুপ মপাংশিংনা তরাম্না লৌশিনবীষু অদুগা 'মেঘনাঠ' হায়রিবা লীলা অসি চরাংপাৎ, ই. ডি, ইউ Eastern Dramatic Union) না তাং ৬।১১'৬৪ ইংগী নিংঙোল চক্কৌবা মুমৎ অসিদা মশাগী ওইজবা থাদোকপীহুনা মপুংফানা উৎপীখি। অদুগা ঐগী মুংশিজরবা, ইম্ফাল, যুম্নাম লৈকাইদা লৈবা য়াম্বুং শ্রীযুক্ত খুাইরাকপম অম্বীকা চরণ সিংহনা স্বরলীপী ডাইরেক্তর ওইবদুনা মপূংফানা সমাজদা মিৎয়েং তাহন্বীখি, ঐগী মতম কুইনা নীংঙকপা আশা অসি পাটি অমদি— য়াম্বুং অসিনা পুন্সিগী ওইনা নীংবা থুংহনখি। অদুগা পাটি অমদি য়াম্বুংগী মফমদা পুন্সি অসিমগী লম্মন তোঞ্জরে।

নীংঙমজরবা নপাও—

খরিবম মণি সিংহ

# পাত্রাশিং

**নুপা —**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মেঘনাঠ | — | গভর্ণমেন্ট এডভোকেট |
| ২। | মণিহার | — | মেঘনী মনাও ডিসফিগর |
| ৩। | কেবল | — | হেড মাষ্টর, পুকচেল চাউবা |
| ৪। | রনবীর | — | নাপল চাউবা, কেশিয়ার |
| ৫। | গুণসিং | — | A, S. I. পুলিস |
| ৬। | চাউবা | — | কনষ্টেবল |
| ৭। | হোকর | — | — |
| ৮। | আশাকুমার | — | পীক্লিবা অঙাং অমা |

**নুপী—**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শান্তি | — | মেঘনী নুপী, পুকচেল ভগ্নী |
| ২। | মুক্তি | — | কেবলগী মচানুপী, ছাত্রী |
| ৩। | একাশিনি | — | ইবাং পুবী |



# কচ্চবা

কচ্চরি অপোকপী ৺ইমাই চরন্দা
পণ্ডসবা চাউদ্রিবা নচা ঐগী
বাখনগী লৈরাং নাচোম "মেঘনাঠ"
নচাগী ফজবা লৈচন খিনবা
মপূং ফারবা জ্ঞান লৈজত্রি
কচ্চনীংই নাচোমদি নীংথিবা লৈকোলগী
'হুবু থোক্তে, ৺ইমা মচুমক্তি
চিংনদনা লৌবিমু নচাই খুদোল
অবাংবা কারবদি সমত্রু লাল্লবদি
ফজবা লৈরমগনি নীংথিবা য়াওরমগনি
'হুবু অপোকপী নচা শোইনাইবদি
ইরোমদোম লৌজক্লবা ওমত্রেনে ৺ইমা
লৌবিয়ুকো অপোকপী পেন্নেকো ৺ইমা

কচ্চরিবা—
খরিবম মণি সিংহ
চঙাংপাং।

# মেঘনাঠ

## অহানবা অঙ্ক

### অহানবা উৎপা

(য়ুমগী Parlour গা ভাইনবা, য়ুময়াগী য়াম্না খুৎশেম চঙলবা নীংথিজরবা লৈকোল অসিদা চৌকি, টেবল, নীংথিজনা থাদুনা লৈ; নাকল অমদগী মেঘনাঠ গভর্ণমেন্ট Advocate (এড্‌ভোকেট) মথুত্তা অঙাংগী শান্নবা পোৎচৈ থরা পুদুনা চঙলকপগা, নাকল অমদগী শান্তিনা মুগা ফনেক অমগা খুদৈ অরাংবা মতেক অমা ইল্লদুনা মথুত্তা স্নাবুল পায়দুনা চঙলকপদা মেঘনা পুরক-ইবা পোৎচৈ উবদা, অঙকপা ইকায়রবগা লোয়ননা)

শান্তি—হায়মা! করি করিনো পায়বিরকইবা পোৎশিং অদুদি? হৌজিকপু হনুথংদা অঙাং মচাদোনা শান্নবিথিগে হায়-রিব্রাও?

মেঘ-শান্নবা নত্তবদি, Toys (টোয়জ) শিং অসিবু শান্নবা লৈরক্ত্রবদি, হুন্দোক্লনবা পায়শা তিংনা অমুক লৈরকখিগদ্রা?

শান্তি—হোয়নে, হোয়নে, অঙাংমচা থা ৪/৫ গী হেক ওইবিরে।

(লৈদুনা চৎকে ভৌবদা মেঘনা ভামদুনা খুদাং ফাগে ভৌবা, লৈথোক্তুনা)

শান্তি—সত্য ওম্বোক্লা ঙাওশম্নথরে। মী ঈশিং অশেংবা শোকপা চৎলিবনি খঙঙমক্তদা।

মেঘ - ( মাঙদা থত্তুনা মমায়-মমায় নকশম্ননা ) অদুবু, নঙগী ঈশিং শোকপনা হেম্না লুত্রা ? শাম্নপোৎশিং অসিবু শাম্নগদৌরি বা অশেংবা মপু অদু, নঙ খঙলত্রা ? (শান্তি ইকায়না, লৈথোক্তূনা লৈবা, টেবল মথক্তা পোৎচৈ থমলগা, চৌকিদা ফমথদুনা ) লাকখোনে, ঈশিং শোকপা মতমস্তু ঙল্লি। শাম্নপোৎ অসিগী অশেংবা মপু অদু তাকপিখিগে লাউনে।

শান্তি—( স্নাবুল থনম্নগা টেবল মনাক্তা চঙশনলকুনা ) সেনে তাকপীরোনে ?

মেঘ—হয়েং মহাক্কী মীকপখোলক্তনা, ইমুং অসিবু পূমনিল নিলহল-লগদৌরিবা অঙাং অদুদা, শাম্নপোৎশিং অসি পীদুনা ঐখোয় অনি চঙদুনা থেমগদৌরিবনি।

শান্তি—( ইকায়না ) হাইমা। মতা অমনিনহৈ। ( শাম্নপোৎশিং লৌথত্তুনা মেঘদা লংশনবা মেঘনা খুনগত্তুনা টেবল মথক্তা থম্নগা মনাক্তা চঙশন্নুনা )

মেঘ—অসিবু ঐনা লানত্রাও ? নত্তে মতাং অদু ম্নৌরবদবু, নঙনা ইকায় হাম্নদুনা লোত্তুনা হিংখিগত্রা ?

শান্তি—অদুবু ইরোই লৈত্রিঙৈমা হৌদোং হাম্না হাৎপিবা অসিবু করম্বা য়াথললো ?

মেঘ—হোম্ননে—তুমদবা হৌদোকপা নুরবনিনে। কাম্নত্রে লোত্তুনম্নু হিংলরোই চেন্দুনম্নু কাম্নররোই।

শান্তি—সত্য! অঙাং মচাদোনা ওম্বোক্লা ইকায়বা থওখিদ্রে।

মেঘ—ঐবু?

শান্তি—নত্তবদি—

মেঘ—উং।

**ঈশৈ**

নিপা (মেঘ) হিংলরোই হো কায়রোই

লোত্তুনম্বু হিংলরোই চেন্দুনম্বু কায়রোই

অহানবা পুন্সিগী অয়ুক্তা

আশাগী মরূ হুনখিবা

বসন্ত ঋতু লাক্লবদা

নৈরাংগী নৈশাৎ তমলনি।

**ঈশৈ**

নুপী (শান্তি) তাইবং খোঙ্গাওনত্রিবৈ

মপূগী চরন্দা শিন্নজনি,

তোল্লবীদি ঐহাক্লা॥

নুপা+নুপী অরা নুংঙায় থারবনা,

নুংশি নৈনম রেল্লিবা,

তাইবং কোয়োয় হাল্লবগা।

(মেঘ)— ... ... ... ... "ইচা"॥

(মেঘনা শান্তিগী মখুৎ অনি পুন্না পায়গননা, কুরিগুম্বা Art অমগী মওংদা মশারোমদা চিংশিনবা, শান্তিনা মখা থাওলপ তৌনা)

শান্তি—ঐ ঈশিং অমুক্তা··· ···· ···

(মেঘনা খুদাং থাদোক্তুনা, রাখল ১ দা তাউদ্নুনা লৈবা, শান্তিনা স্নাবুল লৌদ্নুনা চৎকে হায়না খোঙথাঙ ২।৩ থাংগুকপদা)

মেঘ—(নীংবা কায়রপ্না) শান্তি!

শান্তি—(লৈশনলক্তুনা) করি ওইরবনো? (খুমদবা, শান্তি চঙলক্তুনা ফিভম য়েংগুরগা) কৈদৌবিরবগে? নোংমতা মিনিট ৫।১০ ফানা মুংঙাইনা উজদববু, করম্বা অপু-নবা অমনা পুখ্রবনো?

মেঘ—চুম্মী শান্তি! ঐ অসে অপু-নবা অমনা পুবা হায়বত্তু অশেংলবনি। ঐগী থম্মোয় অসে, ঙাহাক্তা রাখল অমদা লৈতাদ্নুনা লৈবা ঙমদে। অদ্নুনা কোর্টকী থবক ফাওবদা নোংমদি শোয়দনা শোয়রকঅগদ্রা হায়দ্নুনা ঐ ওন্থোক্না চিংনরবনি।

শান্তি—নত্তে, ঙসিবু কেসতা মীগা মায়য়োক্নবিবদা, খুদোং চাবিরক্লদ্রা? (মঙক্তা হাইদ্নুনা করিস্থ তৌদে হায়না সাইন পীবা) অদুদি করম্বা নীংবা খুংদবা ওইরবনো? ঐনা ঙমজবা শরুক্তা, ওইরবদি ইকুংঙোগী নীংবা থুঙনবা থরায় অসি ফাওবা থাজগনি।

মেঘ—মদুগী নঙগী লেংদবা রাখল ওইয়ু। শান্তি! ঐনা অতৈ রুনা, অমগী অমুক রারুবা নত্তে। ইমা-ইপা মশক খঙজহৌদ্রবা ঙসি ফাওবদা, ঐগী পূম্নমক রাত্তুনস্থ মমান্নবা

মীয়ক তিনবদা য়ানা থোকচয়বা, ঐগী ইনাও মন্নিহায়
অসে, পাবুংগী য়াথং তুংইয়া, ঐনা মতুং ফাওবদা, মাগী
মনিং থুংহবা তম্মরোইদ্রা শক্লুখদা, ঐ য়াদবা তমদেনে,
শান্তি — মানা পীক্ত পীকলিঙৈগী মনিং থুংখিদবা কয়াগী য়াকমদি
ঐনা হায়জবা ঙমদ্রে। ঐনা মকম অসিদা হেক লাক-
চঙৈদগীদি, ময়ুনী তামোগা ঐগনা, মহাক্না অপাম্বা হীরম
থুদিংমক্তা মাগী মনিং থুংহনদবা অমতস্থ তৌখিদ্রি।
অদুগা অতৈ অতোপ্পা অঙাংশিংগুম্না, কত্তবা-ওক্তবা থবক্তা
মহাক্না চংজুমস্থ নত্তবনিনা; অহল-লম্মন্না, সমাজনা য়াবা
থবক্তা, মান্না অপাম্বা হীরম থুদিংমক ওইখিবনা, ঐ
অসিবু অতোপ্পা লমলানবী অমা ওইনা থনবীয়বস্থ, মহাকী
লম্বিদা ঐনা থিংবা ঙম্বগী কয়বা পাজল লৈবগে ?

মেঘ — চুম্মি শান্তি। নত্তবা য়াথলস্থ ঐনা নঙগী নকমদা নোং-
মতা থম্লুদে। অদুগা মহাক্না ঐবু ঙসি ফাওবদা, কয়াগী
মতীক খিজনা অমদি লুনা নীংজবা অদুগী ময়েক লায়বা
খুদম্না, পাবুঙগা ইমাগনা ঈ মতুমদগী লংথোকপিরম্বনা
তাইবঙগা মীমায়ত্রবস্থ ঐগী ইনজন্দা চাউজয়ক্লবা ইনাও
অসিনা ঙসি ঐবু ময়াম্বনি হায়বা থঙলবস্থ, পীকলিঙৈদগী
হৈনখিবা মিঙ্গৌ, "পাবুঙ" হায়বসি থাদোকপা ঙমদতুনা,
ঙসি ফাওবদা ঐবু। "পাবুং" হায়না কৌরি। অসিগুম্নবা
ঐগী ইচা-ইনাও অনীমক শকচয়বা ঐগী ইনাও অসি,
মতমগী মতুংইন্না কয়িগুম্বদা..........

শান্তি—(পূক্লীং মুংশিনা) নত্তে, নত্তে, চিংনবনা মাংওইনখিগনু।

মেঘ—চুম্মি, মাচুসু বেদ-শাস্ত্রগী নীংথিরবা পাউতাক্সি। অদুগা শান্তি! নহাক অসি মুগীনি। ওসি ঐনা ইচা মুগীবু ওইরবসু, নিপাবু ওইরবসু অমা কংলগনি হায়না হরাওরি। অদুবু নওনদি মুগীগী খম্মোয় ওইখিবনা, নচাগী অক মুংওাই বাখলদা কা হেয়া খনখিরুনা ঐগী ইনাও অসিবু শোয়দনা মীরায়রকনি।

শান্তি—মু-ম-ম-! ঐগী ইচানা কনানো? ঐগী ইনাও মুপা মনিহারনা কনানো? ঐগী ইকমদদি অমত্তনি। (মখোও পায়দুনা) ঐনা ওসি বাশকচরীবসিনি, ঈশ্বরগী খোজান্দগী ঐগী ইচা অসিনা করিগুম্বা কংজবা তারবসু, ইনাও মনিহারগী মরা অমা তাদনা মাগী করিগুম্বা পোংশক অমতং লৈবা-তম্বা তৌঅরোই। ঐবু থাজবিয়ু, অচুম্বগী-দমক্তা থরায় থাজগে খঞ্জরিবীনি

(মেঘনা হরাওনা শান্তিবু লেংজুম অনী পায়দুনা চিংখৎপিরগা)

মেঘ—শান্তি! নওগী অচুগুম্বা অচম্বা খম্মোয় অদুতা, ভুংকোইনা চেনবা ওম্বা, ঈশ্বরনা পীনবীবা ওইশনু। চৎলো চৎলো, নওগী ঈশিং শোকনি হায়বদু শোক্তোকউরো (শান্তি স্নাবুল পায়রগা চৎকে তৌবদা) ও! ঐগী কোট অমতা লোথোকঅম্মু; ঐ ইমুং অমুক চঙলরোই। (শান্তি স্নাবুল খনয়গা চঙশল্লকপা) টোয়জশিং অসিগা পুশনখ্রো।

শান্তি—(টোয়ল লৌখৎ-লৌখৎনা) অমুক থুনা কদায়দা অমুক চৎপিবা তারবগে ?

মেঘ—বার এশোশিরেসদা ঐখোয় উকিল ময়ামগী মিটিং অমা লৈ।

শান্তি—মতমমু পঙথেঙ থেঙদ্রি। চামু লোনম্নরক্লগে। চা খরদং থকঅগা চৎপিরো।

মেঘ-হুম! (ঘড়ি য়েংলগা) পুং ৬ তগী হৌগদৌবনি। অদুগা শুগুখোয়দমু ঙাহাক্লং চঙশমদবা য়াদ্রি।

(শান্তি য়ুমলোমদা চঙখিবা, টেবলদা ফমদুনা চঙখিবদা রাথল তৌনা য়েংলিঙৈদা শান্তি কোট অমুবা অমা, মখুদাং ওইদা য়াল্লগা য়েৎকী খুৎশানা কম্হোক-কম্হোক্লুনা পুখোরকই, কোট লৌরগা লিংশন্দুনা) মনিহারবু ঙসি কলেজদগী হল্লকঅমদ্রিব্রা? (শান্তিনা কোটকী অকূবা শেম্না শেম্না)

শান্তি—মখোয়গী হেড মাষ্টার ওঝা কেবলগা হন্নথিময়কঅম্লগা হন্দক গৌহাটী ইউনিভরসিটিগী ~~I. A. Sc~~ প্রোমোশন পরিক্ষাদা মানা মকোক ওইবা অদুদা, ঐঙোন্দা ইবুংঙোগী ময়মদা পঙথাদা থাগৎপীরম্মে হায়রগা, হায়গী হায় স্কুলগী সেক্রেটরীগীদা পুরখিনি হায়দুনা পুদুনা চৎখ্রে।

মেঘ—হুম। শান্তি! ওঝা কেবলগী লম্মনবু ঐখোয়না করম্না শিং-গনি। নঙনমু মনিহারগী ময়মদা মুম্না খঙলহ্রিগনি। ঐগী ইনাও অসিগী ফীভম অসে পোকপদগী হৌনা মখোঙ অনী-মক অসি শোইনাইরক্লুনা, মখুৎ অনীগী পাঙলভনা, মানা

চথোক চশিন থন্না ভৌজবা ওন্মী। মতম্না হৌধীবগা লোয়ননা, মাগী চহিস্থ পাঠশালা ওযগী চহী মতাং য়ৌরক্লবদা, মমাম্নবশিংনা লাইরিক তম্বা চৎপা উয়গা চৎকে হায়ছনা, মানা তোয়না কপ্পুনা তকশীনক্লবদা, ঐনা মাবু পোছনা পাঠশালাদা থিন্দোক্ন থিনজীন তৌই। মতম অদুদা ঐনস্থ কলেজ তম্মজিবনীনা, নোংমা ফাদোক ওমদবা মতাংদা, মহাকপু সুংশিবীবা মাগী মরূপ মপাং-শিংনা শৃংকী দোলাই শাডুনা পৃথিবন্ন য়াওরম্মী। নোংমা ফাদোকস্ন মাগী ওমজবা পাঙ্গলনা, মশক খওদবমখৈ উধুলনা মশা পূম্নমক পূমঙৌ ঙৌনা, কাংক্লমগুপ্না ওন্দেতা খাকনা চৎলম্মীদো, মাচুগুম্বা মাগী ফীভম অদু উরে হায়রগা লৈথীদ্রবা পাবুঙগা ইমাগবু কৌজচুনা কপচবা নত্তনা, শান্তি! ঐগী অভোম্মা পাঙ্গল অমা লৈথীদেদো। অরা-অনাগী মতমস্থ হৌথীদবা য়াদচুনা অন্নম হৌথীবনা ক্লাস III তমথৎচরকপা মতমদদি ঐস্থ M.A.L.L.B. থানবগীদমক্তা কলিকাটাতা চৎপা তারকম্ববদা. মাগী লাইরিক তম্নীংবগী চাউরবা আশা অদু, কায়হননীং-দবদগী লৈকাইগী মীস্থ ওইরবা ওবা কেবলগী মকমদা শিম্নরম্মগা য়ুম অসিবুনা চহী অনীগীদমক্তা মাইথুংতোগা ইনেবেম্মগদা শিম্নরমছুনা ঐনা কলিকাটা চৎলুই। ঐনা কলিকাটাদা লৈরিঙৈগী -মমুংদা; ভারত সরকারনা শীনচুনা 'প্রোগ্রাম' নাইনা, ভারতকী মকম থূদিংমক্তা টুর 'চৎলবা,

ডাক্তর ভট্টচার্য্যা F. R. C. খোঙ-খুং চিংশনবা, ভেকপগী মরমদা Surg'cal (সারজিকেল) দা Cent per cent (সেণ্ট-পারসেণ্ট ( Success (সক্সেস) ওইরবা ডাক্তর অসি ইম্ফালদা থা ; অমগী প্রোগ্রাম লৈখিবদুদা, ঐখোয়গী ওঝা অসিনা পুখৎপিদুনা লায়য়েংবিবদা, হৌজিক্তি লেপথত্তুনা, চৈ অনীগী মতে লৌদুনা, খরগী ওইবা মাইল মখৈদি চথোক চংশিন ঙমজদুনা. মমান্নবগী মীরক অসে, মখোঙ নামতগী পাঙ্গল ওইরবস্থ, খরগী মখৈদি তিন্নজবা ঙমলিবা অসিনি। ডাক্তরগী প্রো'গ্রামগী মতম্না শাংখিদবনা পূম্না মতম অমত্তদা মখোঙ অনীমক অপরেশন তৌরবদি, মশাদা শিবা য়ানা শোম্থখিগদৌবা ওইবনা, য়েং থংবা মখোঙ অসিত্তা তৌহৌবনি। শান্তি ! ওঝাগী মরংদা শীংথাদুনা লোইবা নত্তে।

শান্তি :– ঐখোয়গী ইবুংঙোবুত্তা নত্তুনা, ঐখোয়বুস্থ মানা হেক পোকপা মচাগুম্বা, লুনা চান্না তৌবি। অঙকপা মথলগী থম্মোয়নি।

মেঘ : নখোয় ঐখোয়বুত্তা নত্তুনা, মীপুম খুদিংমকপু অমত্তা ওইবা মিৎয়েংদা য়েংবা ঙম্নবা ওঝাগী থম্মোয়নি। মহাত্মাগী শক্তি লৈরে হায়বদা মী অতৈনা য়ানিংক্রবস্থ ঐগী থম্মোয়নদি য়াদবা ঙম্মোই। অসিগুম্বা ওঝা অসি স্কুল অমমমদা অমমমদং য়াওরবদি, তুংগী জাত্তীগী মুস্থীরেন ওইরগদৌরিবা ছাত্র অমদি, মখোয়গী রাথল সমক্র ওইরগদৌরিবা ওঝাশিংগগী মরক্ত: ঙসি থোক্লিবা অকিবা ফংলবা ঘটনাশিং অসি,

কৈদৌঙৈদসু থোকলম্মোয় । ( নীংশিংঙক্লুনা ঘড়ি য়েংলগা )
ইস। পূং ৫ গা মিনিট তরা চৎখ্রেনা। ( চৎকে তৌবা )

শান্তি :— ( মখূৎনা খামলপ তৌনা ) অমুক্তা ঙাইবিখো (স্নাবুল পায়খৎপা)

মেঘ :—করিগীনো ?

শান্তি :—( স্নাবুল উৎলগা ) সেকেণ্ড অগতা— ঐ চেঞ্জরবনি। ( মেঘ ঙক্লা চৎখিবদা য়েংদুনা লৈবা, শান্তি চীশিং পুদুনা থুনা কারকপা ) লেংবিরো য়ারনি ।

মেঘ :—(স্নাবুলদা য়েংঙূরগা, ভাব তারক্লুনা) **Oh, I See** (ওহ! আই সি) **Good luck** !

শান্তি :—**Good luck** ( চৎখিবদা য়েংহৌরগা নোক্লুনা ইমুংগী মায়কৈদা চঙগে তৌবদা, মনিহার ওইগী মখোঙ খুকউদগী হেম্না উদনা চৈ অনীনা শৌদুনা, কৈজোম, কমিজ ইনফি অমা ইল্লদুনা চঙলকলগা )

মনিহার :— ইতৈবেম্মা ! ( লেপ্তুনা মমায় লৈশনলকপা ) ঐখোয়গী পাবুংনা হৌজিক অমুক চৎখ্রিবা অসিবু কদায়দনো ?

শান্তি :—আঃ উকিল ময়ামগী, বাড়দা মিটিং অমা লৈবমাল্লে। আঃ চঙঙকও চঙঙকও ইবুংঙো ! ইতৈমা চা লোইরম্মগদোবনি।

মনি :— অদুদি, ইতৈবেম্মা। পাবুংনা মীহাৎনখিবগী কেশকী মীশিংদু লাক্লবদি পূং ৮ কাওবদং ঙাইহল্লমখো হায়রম্মী। অদুগা মখোয় ইখোলগী কেশ অতৈ অতৈ অদুদি হয়েং অয়ুক উন্নবনা খুদোং চায়নিগা হায়রম্মী।

শান্তি হোয়·হোষ ইবুংঙো! আঃ নঙ অসিদা কয়া কুইনা পোথাখিগে হায়রিবনো। চা ঈশিং শাগ্নগনি। শেম-গদৌবতা ভায়রবনি। চঙঙকওকো। ( মতৈম্মনা চঙখিবদা মুংশিনা মুম্না য়েংহৌরগা, অয়োবী রাখল খল্লুরগা )

মনি—ঐগী পুন্সি অসিদা পাবুং কৌদুনসু পেনত্রবা, ঐগী ইপা শক্লবা ইয়াম্বা অমদি ঐগী মুংশিরবী নাওথি শাজকম ওইরবা ইমা শক্লবা ইতৈবেম্মা? মখোয় অনিগী নীংবগু নোংমতা ওইরবসু, সংসারগী মপূংফাবা পাঙ্গল ফংজত্রবা হিংলুদুনসু কাম্নত্রবা ঐনা পেলহনবা ওম্নলরোইগ্রা?

( রাখলদা লুপ্তুনা মরু লুকথবা )

## অহানবা অঙ্ক।

## ২ শুবা উৎপা

## লম্পী। অয়ুক।

—:(O):—

( রনবীর, একাশিনী কালগী অয়োবী ফীজেত্তা মখুত্তা Lady bag ( লেডি বেগ ) অমা য়াম্লদুনা, হাম্নদগী রারী শারক-পগী ফিভমদা, একানা মাঙ থারদুনা চঙলকই )

একা—তামো রনবীর! ঐবুসু রারোবিগনু। ঐনা হন্দক লৈজরুরিবা নিপা অসে, মঙদা কাওবা মশক থঙনখিদ্রিবা নিপানি। অদুবু অহল লম্মমা ঐবু পোকপিবগী মখোয়গী

লম্মন শিংবগী মওঙদা মখোয়গী য়াথং ইন্দুনা, মতম থয়া লৈরুরে। ঐনা লৈরুরিবা নিপা অদুগ চুপ্পা তলবতা চাউনা চাজবা লাইরিক্তা পঙহৈ হৈজবনি। Century (সেনচুরী) অসিগী মী নত্তে; য়াম্না Orthod x (ওথো-দোক্স) নি। নঙগা ঐগা পুন্সিগী ওইনা লৈমিন্নবদা, ঈশিংগা থাউগা তিন্নবা তাগনি। অদুনা ঐবু divorce (দাইভোর্স) তৌথোকও হায়না ঐনা তত্তুনা warning (য়ার্নিং) পীরবা ফাওবদা মানা য়ামনদ্রবুনা, ঐ ইশানা হেক্তা থাদোক্তুনা লাকলবনি

একা—অদুনা ঐ ইশানা নিপা অসি য়ানিংদ্রে হায়গুনা কোর্টতা দরখাস্ত অমা থাখিবদু, হন্দক্কী লাক্লিবা তারিখ ৯ অসিদা সমন তৌরকএ।

বন—Sister। ঐনা হায়জবা মতম অদুদা রাখল খজিক্কুং খয়বিরন্নবদি ওসিগী ইমং অনি শুবগী Condition (কোণ্ডি-শন) অসি ফংঙদ্রোইদো।

একা—নত্তে, তামোনা হায়রিবসিবু, ঐগী পুন্সি অসি মাঙঙে অসিরা? মাত্তদি খুন্সুংগী পঙলবা রাখলনি। ইমা-ইপানা অচৌ অশাং পামমুবদগী, ইশাগী রা ইহঙ হংদনা থাজরুবনা ঐনা ঙসি ইপামদা হল্লকপনি অসিমনা অহল লম্মনগী চাউরবা দোষনি. মসিগী রাফমদা অহল লম্মনগী ওাকস্থ নত্তে। হৌজিক্কী Atomic world (এটোমিক য়ারল্ড) গী civilization (সিভিলাইজেসন) গী খোঙচত্তা, নিপা

নুপীগী Right (রাইট) অসে চপ মান্নবনি। নুপীবু নুপানা শাম্নপোৎকুম নৈছুনা থনম্বা মতম অদু হৌড্রবনি। নুপীস্ত মনীং মখা তন্বা লৈরগদৌবা য়ুগনি।

রনবীর—Sister না হায়বিরিবছু য়াম্ন চুম্মি; মদুমক হৌজিক পৃথ্বীগী য়াম্না চাউরবা Problem (প্রোব্লেম) অমনি। অদুবু পৃথ্বীগী মীপুম খূদিংমক অসিনা ১০০গী মপুংদা ১০০ লাইরিক হৈনরবা মতম অদুদা হায়রিবা অদু মপূং ফানা ওইরকপা য়াই। হায়বদি নুপী নুপা মীপুম খূদিংমক্না জাত্তি বীজাত্তি খায়দনা সমাজগী রাথলদা লুপ্নবা মশাগী থম্মোয়বু মতোমতা রারকচবা ওম্নবা মতম অদুদা হায়রিবা অসি মতোমতা ওইজরকখিগনি। নত্রবদি ওসি ত্রেনগী মচিঞ্জাক রাৎলবা পৃথ্বী অসিদা, মীপূম খূদিংমক্কী Right (রাইট) চপ মান্নবা তারবদি, য়োম সহরনা মীকুপ্পা মাঙখিবগুম পৃথ্বী অসিবু উৎকী পৃথ্বী ওইগনি।

একা—রাক্ষস অসিস্তু থাগত্তবা ঙমদে। অদুনবু এদুকেসনগী কেসিয়ার ওইবিরিবনি। অদুম্নদি ওইরবদা, নুপা ওই-বগী অওম্বা শক্তিগী অকীবা তুকচ্চবা কম্না থাদোক্নুনা মরুপকুম্না তিম্নবা ওম্বী, ইনীং ইখা তম্বী নুপা অমগী Control (কোনট্রোল) দা লৈতবী একাশিনি হায়বীদো ঐদি শোয়দনা ওইগনি

রন—মাদুস্তু রাখল অমদা মুম্না খম্থরুরগা, নুপীবু অরাংবা থাক্কা লমজীংবিবা মখল অমনি। অদুবু সমাজগী তারাইথোক-

খুবমু, মচা অমগী মফমদা, অহল লমনগী লৈবা রাইট অচুগী মপান খোকপিবা ওমলগদ্রা ?

একা—মাদুদি পাঙথোকুনা লোইখেনা

রন—করম্বা মওংদা ?

একা—মখোয়গী control দা লৈরোই হায়বগীদমক্তা ঐখোয়গী ইমাতোম্না লৈরম্বা মথাথংবগী দলান মচা অচুদা, ঐনা হল্লকপা সুমিত্তগী অচুম লৈরবনি।

রন—(হরাওনা) অচুদি ঐখোয়সু নোংমা কাদোক ক্রিদা চঙলকপা য়ারেদনা।

একা—নোংমা কাদোক্তা নত্তে ভবনা চঙবিরকপদা করিবতা অকায়বা লৈত্রে; ইহে, ঐনা হায়জগে তোবনা বাকম অমা অচুবু শেরামবা বাকম অমদা চংখ্রে।

রন—করম্বা বাকমনিনা ?

একা—ঐগী কেশতুগী মরমদা উকিল অমত্তং নেকপা পামজৈ।

রন—এ, হৌজিক উকিলনা রাই চাইদুনা লৈরবসিদবু. করম্বা উকিল পাম্বীবগে খুদক্তা নেকলগা লোইরে।

একা—হোই চুম্মি, ঐ তামোগা তাময়্রবমু, উকিল অমা হেক্তা নেকপা য়াই। অচুবু তামোখোইগসু মরুপ-মপাঙ ওইবা মমিং চংপা পামজৈ.

রন—হায়রিবা কেশ' অচুদবু উকিল অকাওবগী করি দরকার লৈবগে? জজ্জগী মমাঙদা উকিল অমতং সাক্ষি ওইনবা পুশলগা, নশাগী "য়ানীংত্রে" "খাইনজরে হায়বা জবান

অমতং লৌরগা, অর্জ্জুন! দরখাস্তা শোই তৌরগা লোইরে ।

একা—ঐনু তামোখোংদৌনা, অদুক কয়া লাইরিক হৈরোম্রবহ্, মদুফাওবদি খণ্ডজেরে। অদু অকবা পামজরুবগী বানে। মেঘনাঠ বাবুসি; তামোখোয়গদি লুনহ্ তিয়বনো, পেম্প্রিমু হায়বা য়ারকওইদ্রা ও ?

রন—হায়রবুদি করিগী য়ারোই। অদুদা মহাক্কদি অকাওবা থবক য়াম্না চিনবা মী অমা ওইবসিদা, অসিগুম্বা কেণ মচা মগুগী হায়বসি হয়োইহনা তোবনি।

একা—হুম! ডাক্তর, উকিলনবু লায়না মচা কেণ মচা হায়হনা অমুক থায়খিগদ্রা ?

রন—(খল্লগা) অদুদি কিয়ন বাবু নেকলসিদনা।

একা—মেঘনাঠপু ঐনা পামজরুবগী বা ঐ হায়জগে। ঐনা মুংশি শকখণ্ডৌদগী মহাকপু ঐগী ওইগে হায়না ঐনা নীংজখি। মতম অদুদা মানা ঐগী থম্মোয়গী বা অমতা তাবিদহনা, মানা হৌজিক লৌরিবা শান্তি হায়বৌসি লুহোংহনা লৌখি। অদুগী নীংওমদবনা মহাকপু নোংমতং ওইরবম্ ঐগী CONTROL দা থমলগা, মুপী হায়বসি মীপোক মীহিং ওবীনি হায়বসি অমুক্কং খঙহননিংই।

রন—(নীংবা কায়না) অদুদি ঐগী আশাসি অরেম্বা তারবা! খঙজরে, ঐখোয়বু মুংশিবী হায়বিরিবসিদি চিনবানখোংগী য়ানিদনা—

একা—তামো! শেংনা হায়রবদা মুংশিবগী খলদা তামোদগী

মেঘনাঠনা খরদং হেনখিবগী ব্লাদনি। তামোব্ ইমুং-মুংশি-দবদি নচ্চদে।

রন—Sister গী বাকম অসি, ঐদি চৎনা চৎনা মণ্ড-মণ্ডবা হায়বদু য়োরে। মতৌ করম্না লোক অমত্তদা কৈ অনি য়োকপিগদৌরিবনো ?

একা—কৈ অমনা শারংদা কৈ অমনা হান্নগী মতৌগুম, মনীং মখা তৌবা য়াবা পাক-চাউরবা জঙ্গলদা—;

রন—হায়বদি-

একা—হায়বদি—শান্তিগা ঐগা ক্লাস অমত্তদা তমিন্নবা ওইবনা ঐনা মেঘনাঠপু মুংশি হায়বসি খণ্ডনা-খণ্ডনা; মানা ঐগী মাণ্ডদা লেম্নদুনা লুহোংখিবা অমদি মেঘনাঠনা ঐগী খম্মোয় থুগাইখিবা, মসিগী লম্মনদি মখোয়গী সম্পত্তি পুন্নমক অসি তাকহল্লগা, লমজাওগী চাকনিবা ওইহনখিগদৌবনি। মেঘ-নাঠপু মীপুম খুদিংগী ভুক্তচকম: ওইহল্লবতদা ঐনা ইকাইখিবা চোপখিবা পুন্নমক কোকদৌবনি।

রন—মাদুবু করম্না ওইথোক্তদৌরিবনো ?

একা—মাদুগী Circulation (সারকুলেশন) মু লোইরবনি। মাসি য়োশনলকলবদি তামোখোয়গী Brain (ব্রেন) না Solve (সোলভ) তৌবা ওম্ময়োই। বাকম অসিদা তামোনা ঐগী ইত্তেং পীবা ওম্বীরোই হায়রবসু, ঐতোম্দা অকায়বা লৈত্তে।

রন—(মুন্না খল্লগা) অদু, ঐহাক্তী বাজমনগী মতমদি মাণ্ডহন-বিরোইদনা ?

একা—তামো। ঐ অসে ইনিং ইখা চৎবা পাম্বী, সুপ্নী মখা ওইররম্ব, মীখী ভৌবিমল খণ্ডবা মখলগী সুপীদি নত্তে। মতম খরদং অয়োনবা মীশক অমা ওইবিয়ু [illegible]।

রন—OH! I SEE। (ওহ। আই সি)

একা—মাগী মরল ময়াম অহুনা তামো [illegible] অনি খোঙপ্রায় নিঙ্গুনা চা-থরুলগা লোইরেদনা।

রন—Sister গী আশাতবু থুংলবদি মাগী মরল-মপুম অদুদি করিস্থু লৈত্তে।

একা—এঃ এঃ খণ্ডজে-খণ্ডজে। লুপানা খোঙনেৎনরবা এহুকেসন অফিসগী হেড ক্লার্কনি হায়বদো মুমা খণ্ডজে। নোংমদা লুপা লিশিং অমমম, অফিসতগী কাইথোক-কাইথোক্না শীজিন্নবিবদা, কনানসু রা ঙাঙনবিনবা লৈতে হায়বসিসু মুমা খণ্ডজরিবনি।

রন—ফরেনে, মেঘনাঠ বাবুসি হেক্তা হায়রসিনে। (তাপ্লাসিং মক্তদা মেঘনাঠ নাকল অমদগী চঙলক্লগা)

মেঘনাঠ—বাবু। ঐহাকপু পনবিরমখবু করি তাকপিগদবা? (২ মক ঙকলপ্না খরা হন্দোক্লবা)

রন—বাবু! করিগুম্বা মরম অমতংগী উম্নরবা লাক্লচগে ভোজরম্বনি।

মেঘ—এঃ করিগী ওইবিরবনো?

রন—বাবুনু শক্লবদি অতে করি মরমগী অমুক ওইগদগে?

মেঘ—ওম্মোক্ল-ওম্মাকপা

রন—ঐখোয়গী Sister একাশিনীগী কেশ মচা অমগীদমক্তনিমা।

মেঘ—ও! ইবেম্মা একাশিনীগী?

একা—হোয়, ঐগীনি তামো! লেপ্লিদবকা য়াবা পোৎ নম্ভেকো!

মেঘ—কেশবু করম্বা মওঙনো?

একা—ঐগী মুপা অদু পামজদরে হায়দুনা কোর্টতা মুপী ইশানা ডাইভোরস তৌজরক্লগে হায়না এপ্লায় তৌজখিবগী সমন হন্দকী থাগী তারিখ ৯ 'সিদা তৌরক্লে।

মেঘ— হায়বিরিবসিবু, সেক্রেটরী সাহেব উদয় বাবুগা কায়নবিরব্রনে?

একা—হোয় ঐনা য়ুমদা লাকচবদি থা ৩ রোম ফাজরে। দরখাস্ত থাজখিবনা থা ২ রোম ফারবনি। অদুবু সমনদি ওরাংদা থারকই।

মেঘ—ইবেম্মা! মসিগী ব্রাকম'সিদা ঐবু হায়জৌ হায়রবদি দরখাস্ত অদু withrow (উইথড্রো) তৌবিরে হায়রগা হগুম্মবিয়ু। মণিপুরগী মেঘ গেজেটি অফিসারশিংগী মমুংদা মাগুম্না পুকচেল শেংবা, প্রজাগীদমক্তা খনবিবা মীশক্তি অতাওবনি

একা—অদুনা অদোমগী মপানথোংগী মিৎয়েঙগী বানি। খঙজরে, 'দুমরা মী অমগী পুন্সিবুম্ন করিগু লৈতনা, মাঙহনবিবা ওম্বনি।

মেঘ—**Oh Sorry**! অদু য়োনা খম্ব্‌বিরুগনু, অতোপ্পা উকিল অমা **Engage** (ইনগেজ) তৌবিয়ু। চৎচরে।

(চৎপা হৌবা, একানা ফলপ তৌনা)

একা—অমুক্তা ঙাইবিখো। লৈবাক্কী সেবা ভৌবিগ্নিবা মীশক অমনবু ওম্থোক্লা ফিংখে্নে।

মেঘ—ফিংজবগী য়া নত্তে, থবকস্থ থয়া চিঞ্চে, অতোপ্পনা খুদোং চাগনি হায়জবতনি।

একা—ঐস্থ অদোম্মা হেক শংবিদ্রিবা ফাওবা তারিখ য়েথোক-চগনি। অদোমতবু পামজরুবগী য়ানি। লুপাস্থ লৌবিগে হায়বতা পীজগনি। হৌজিক পায়বিখ্রগেয়া? (বেগতগী লুপা লৌথোক্কে ভৌবা)

মেঘ—ওকচরে। ঐগী ফংফম থোকপা অশুমনগী নত্তনা কা হেন্না পামজদে। (য়ানা লুয়ারু-না নোক্কুনা মেঘবু য়েংবা)

য়ন—এঃ এঃ শাউবিস্থ বাবু! বাবু লেপহন্নিংবদগী মুপীনিনা জ্ঞান তাদবদগী পংঙাঙ ঙাঙখ্রবনি।

মেঘ—(মুম্না থল্লগা) বাবু! হন্দক্কী কেশ অসি মরুপ-মপাং কা অমদগী ইচল কাদা থোকনখিবনা, অনিমক্কী থস্থরুবদা মরী লৈনজনীংদবনি। অদুবু ময়ামগী সেবা হায়বা Title (ভাইটল) অদুনা Unconditionally surrender (অনকোণ্ডিসনেললি সরেণ্ডর) হায়বদি য়ানীংত্রবস্থ য়াবা তারেদনা।

য়ন—Thanks (থেঙ্কস)

মেঘ—কয়ম্বা কোর্টজনো?

একা—ইম্ফাল ইষ্টভা।

(মেঘনা ফুরিৎখাউদগী চে লৌথোক্কুনা ইবা)

মেঘ—( ইন্না ইন্না ) তারিক্লা ৯।

একা—হোই, ৯ দনি ( ফুরিংথাউবা চেকসাম য়াপচন হাপচমা )

মেঘ—য়ারনি। চৎচরগে। হয়েং অফিসতা উররসি।

একা—শোয়রিবা য়াদ্রেকো।

মেঘ—এ ( শোয়রোই হায়না ঙক হাইবা ) চৎচরে বায়!

রন—ফনি। (চৎখিবদা হন্না য়েংহোবা)

একা—খঙবিরেদনা তামো! মানা য়াদদুনা চৎনব্রাও? ঐগী খজিক খজিক চিংশিনকপা লিংচিঙ অসিনা নোংমগী খজিক খজিক।

একা—( খুনাওরীদা তমদুনা ) চিংশিনলদুনা নোংমদি ( খুচ্চম ত্থাশন্দুনা ) কক, খঙবিরেদনা—

রন—অদুগা কাউদদি-কাউনমুসিকো—

একা—( কেথনা নোক্লুনা ) কাউজরোইরে...... অদু ঐখোয়-রোমদা য়েংশিন্দুনা চা চখোম্মুক্তং কানমিন্নরগিসি হায়ববু অফিস মতম য়াম্না থেংব্রাগ্রাও?

রন—Sister গী খুৎনা লোনবা অহাওবা চা অদুবু পীথকপি-গনি হায়রবদি অফিস মানা লুব্রাও—?

একা—অদুদি লেংঙশে?

রন—ফনি।

( একা মাঙ থাদুনা কেৎ নৈরগা নোকনা কুংপ-য়াঙথা চৎখিবা )

---

## ১ বা অঙ্ক

## ৩ শুবা উৎপা

## লৈকোল ।

—:( × ):—

( হায়গী য়ুময়া লৈকোলনি। মুমিদাংবাইরমগী পুং ৫॥০ তায়রবা নীংথিরবা দৃশ্যনি মনিহায়না মাগী চৈ অনি টেবলদা ঙায়রদুনা, টেবল ময়া নকলপ্না ফমদুনা ইংলিস খরব অমা পারি। পাবা তোক্তুনা বাথল ১ দা য়ুংনা খমুরগা )

মনি—ঐনা ওসি মণিপুর ইমা লৈবাক অসিবু থাদোক্তুনা চৎলগনি খনবদা, ইপা ইমা শক্লবা পাঁবুংইতৈমা, ঐগী পুন্সিগী লন্থী লময়ানিবিদুনা, অৱাংবা কৈরাক থাবিরবা ওবা অমদি ঐগী পুংসিজয়রবা মরুপ মপাং পূময়কী মমাঙদদি, M. B. B. S. হায়বা ডাক্তরগী অনৌবা Diploma ( দিপ্লোমা) অমসা লৌরগনা ময়াম উহখিগনি খনবদা পুক্নিংদা অনৌবা আশাগী মঙাল অমা কাওই! ময়াম অসি কায়রবগীদমক্তা পুক্নিংদা থোইরোকপা নীংঙমদবা ইথিল কাওদে। অঙ্গুবু পিশক পিক্লিডৈদগী শাম্নরে শায়মিন্নরকনবা চারে চামিন্নরবা. ইচিল ইপাগী পান্দমগুম ইমুং অমত্তদা পূনা লৈমিন্নরকলবা মুক্তিবু মতম থরাদং অসি থাদোকিলমগনি খনবদা ঐগী থম্মোয় অসিদা কোঙঙমত্রবা খনকম থোক্লবা অমাবা অমা পোকইবসি করিগীদমক্তনো ? ঐ চৎপা ভারে হায়বা,

করিস্থ লৈত্রবা রাক্ষম অসি ফাওবা, হায়দোকপা ওমত্রিবা অসিনা করম্বা মায়নো? ...... ঐগা কায়নবদা, মাস্থ ঐদোনা রারমগত্রা? ...... নস্তে, নস্তে পুম্নমক ঐগী অরানবা রাখলনি। ওসি চ¦হি ১২ চুপ্পা লৈমিম্নরকপদা, মবুং অমগী মফমদা ইচম চপ্পা চংচবা শাক্রং নন্তনা, করিঙ্গম্বা অকৈবা রাখল অমত্তা উবা ফংদে। ...... অদুদি ওসি ঐগী মঙ-লানগী রাখল অসিদি করম্বা খনখিবা ......ঐ খঙলে... পুম্নমক অসে, তাইবংগা মীমাম্নদবা অমা ওইবনা, ঐগী মরা চেৎত্রবা অশোম্বা থম্মোয়না মপাল থোক্লা লাউক্ল-বন্তনি। (খবরনা মমায় থুমক্রন্দুনা রাখল খনবা তাঞ্জা-সিমন্তদা মুক্তি চেন¦শিল্লক্কুনা)

মুক্তি—(নাকল ওইরপ্পা) ম¦নিহার ... ....। (মনিহার মমায়দগী খবর লৌথোক্কুনা, মাগী রাখলগী খোম্মোক্সি খন্দুনা তরংদা রেংবা) (মুক্তিনা ওক্লা) মনিহার ...... (মনিহার থম্মোয়বু নিন্দা তৌদুনা নোকপা; মুক্তিনা ওক্লা মমাওলোমদা) (চঙ-শন্দুনা) মনিহার! ... .... ...

মনি—(ওক্লা খুদোঙী থিন্দুনা) .... .... নঙ .... ... (তাঞ্জাসিদা হেড মাস্টার কেবল চঙলক্কুনা)

কেবল—মনিহার (মনিহারনা ৃলৈশনলকপদা কেবল উবদা জ্ঞান তারক্কুনা)

মনি—ওঝাবু (থুরম্বা)

কেবল— ( নোনথরপ তৌনা ) আঃ ফরে-ফরে ঙাইখো মনিহার ! ঙসি ইচাবু নমায় নমিৎ ঙাঙশঙ ঙাঙনা তথক তথক উববু, নশা ঙমদত্রা ?

মনি · ওৱা· করি থোইদোকপা তৌজদে।

কেবল – চৎলম-খোৎলমদাইদা, নাহনবা য়াবা নত্তেকো। অদু নঙগী SEAT ( সিট ) ফংই ফংদে হায়না তৌবা অদুদি কমদৌরে ?

মনি—এলাহাবাদতদি ফংত্রে, মাদ্রাজ মেডিকেল কলেজদা ওইনা রিজার্ভ তৌরমাগ্নে।

কেবল—ইস ! থাপত্রেদা মথা থম হেক থেংঙিদা। ঙাইখো, নোংমদা চখোক চশিন য়াবা কলিকাট্টা অসিদা, নঙনা তমনীংত্রিবদি মখোয়গী কলেজ অদু ফত্তত্রা ?

মনি—ওৱা ! ফত্তবগী নচ্চদে। কলিকাট্টা হায়বসি ভারতকী খ্যাইদগী চাউবা সহরনিনা অহিং-মুংথিল খায়দনা য়ায়া লাঙঙি হায়না তাজে।

কেবল—অদুগীবুদি মী অয়ুক য়াম্না পাশ তৌদুনা থোক্লকনরিবা- সিদি, পূরমক অসে মশা মশাদা পুবা ঙাক্তনি।

মনি—চুম্মী ওৱা। অদুবু ঐগী পুন্সি'সিদা ঐনদি মীওই-লালুপ চাদবা মীশক অমা ওইবনা, হন্দকী খোঙকম অসিদা থরা থাম্না লমদা চৎহৌত্রবদি, ভারতকী নীংথিজরবা লম- দমশিং অসি অমুক হন্না উজবা ফংলরোইদো।

কেবল – ইচাসিদি করিগী রাখল অদুক হম্বুরি পৃথীগী দেশ
খুদিংমক ইনশাং লাম্নদুনা চাবা য়ারবসিদবু –
( তাপ্পাসিদা মেঘ চঙলক্তুনা )
মেঘ – ওঝাবু ( খুরুম্বা ) ( মুক্তি নাকলদা লৈশম্বা )
কেবল – ( ওক্তুনা ) ইবুংঙো হনলকএ ?
মেঘ – হোয়, করিগীনো লেপ্তুনা লৈরিবসিবু চৌকিয়োমদা
লেংশিনবিয়ু
কেবল – এঃ ফৈ ফৈ। -ননাওবু মাগ্রাজদা তম্বা তারে হায়রে।
মেঘ – হোয়। হয়েং অসিমক চৎন-নবা প্লেনগী টিকেট ককচ-
রকএ। ( মনি মুক্তি য়েঙথংনরকপদা মমিৎ চানদুনা, নাং-
ঙমদনা লুকথনবা )
কেবল – য়াম্না ফরে ইবুংঙো ! অকবা থবকীদমক্তা অমুক পম্ববা
হোনদে মাগী খোংবুদি কনা লৈরে।
মেঘ – ওঝা ঐ ইশানা হেক্তা থিজরুবা তারে অদুগীদমক্তা হাপ্তা
অমা ছুটি লৌজরকএ।
কেবল এঃ হাপ্তা অমদবু চৎথোক চশিন নংগদ্রনে ?
মেঘ – প্লেনদা থু চৎচগদৌবনি।
কেবল ও! মাগী কোসতি চহি ৬ নিদনা।
মেঘ - হোয় মসিদা ঐনা অমগা থঙ্গরি। ঐনা হন্দক চংলিঙৈ
অসিদা মখোয়গী মেডিকেল অথরিটিপা তাম্নরে হায়রগা,
চহি ৬। ৭ অসিদা মাগী থবচনে করিনে, পুম্না চঙগদৌবা
লুপা অদু, মাগী মমিংদা বেকঙা অমা তৌশিনজরম্লগে খল্লি।

কেবল—য়াম্না ফখে ! ইবুংঙো। চঙগদৌবা লৈরবা পয়শা অদুদি, থা থুদিংগী থাদোক-থাজিন তৌদুনা, অথামনগী পয়শা তিংবদি তরাইথোবগ্দুনা, মতম চানা ফঙই-ফংদে তৌদুনা, ওস্থোরা দিগদারিনি। মাদুনা য়াম্না হেন্না ফখ্রে। অদু মাগী চহী থুদিংগী ছুটিদি ফঙঙিনিদনা ?

মেঘ—ফঙঙি য়াম্না শাংনা ফংঙি। মাগী চহী ১ গী মনুংদা থা ১২ রোম ফংঙি। অদুবু ওঝা মানদি মপাঙ্গল শোনবনিনা, চৎথোক চৎশিন তৌবা অদু কয়া থুদোং-চারোইদ্রা হায়না খল্লে।

কেবল—হোয়দা ইবুংঙো চহী ৬।৭ পু মতম-লা। হৌখিবা খঙহৌবা পোৎ নত্তে।

মেঘ—ইহে (য়ুমলোমদা) শান্তি—শান্তি

শান্তি—(থোরক্লুনা) করি ওইরবনো ?

মেঘ—ওঝাহোই ময়াম লেংঙকইবসি চা-মুঙকা অমতা তৌদ্রব্রাও ?

কেবল—এঃ ইবেম্মা ! তৌররমু হয়েং চৎকদৌরবনিনা ইচা মনিহাররু, মুংদাংসি এগীদা চাক পীজবা তাই। অদুনা ইপা কৈথেলদগী ঙা অমতা য়েংঙখিগে। (চৎকে তৌবা)

মেঘ—ওঝাবু, কৈথেললোমদা লেংবিগদৌবা ওইরবদি লেংমিন-নব্রসি। ঙাহাক্তা.........

কেবল—ইবুংঙোদি কাদায়দা ?

মেঘ—কিরন বাবুদা কেশকী মরোল খরদা শিন্নজরমগে তৌবনি।

কেবল—ও·· (মেঘ, শান্তি চঙখিবা) (মুক্তি, মনিদা,) নখোয়

অনি পূন্না অদুম লাকমিন্নরকো। অদুগা ইবুংঙো মনি. মাদ্রাজ হায়রিবা দেশ অসিদি অচৌবা সহরনি। সহর হায়বা অসি অঙকপা, ফজবা-নীংথিবা, অফবা, ফত্তবা কয়া অসিনা তিল্লগা সহর হায়বদু ওইরিবনিদো। অদুনা নঙনা মফম অদুদা চৎখে হায়রগা, রাখল শেরান্নখিদুনা নঙগী পাবুংনা নঙবু, মীপুম থূদিংমক্কী সেবা ফংহননীংবগী চাউনা নীংলিবা আশা অসে লমখাংদা কায়হনগনুকো। (মনি লুকথবা) আঃ ইপানা হায়রিবসি নঙনা মদুমক তৌরুরনি হায়বা নত্তে; নঙবু ইপানা খঙই।

(মেঘ ফাইন বুক অমগা থোরক্লুনা)

মেঘ—লেংঙসি ওঝা।

কেবল—আঃ ইবুংঙো! (১ মক খরা চৎলগা)

মেঘ—নঙগী শেম শাগদোবা, পুগদোবা করি করিনো নতৈমদা হায়য়ু।

মনি—পাবুং! (২ মক চৎখিবা)

শান্তি—(থোরক্লুনা) মুক্তি ভাইখোকো চা লোনবিরকখিগে।

মুক্তি—ওক-এদা ইনমবেম্মা।

শান্তি—এঃ থকখো-থকখো (চঙখিবা)।

মনি—(তনিকপা খোম্মোক্তা) মুক্তি! ঐহাক শোয়দনা হয়েং চৎপা তারেকো?

মুক্তি—(নীংঙমদবা অমদি ওইননা) চৎনিংঙগা চৎচো।। নঙবু কনানা থাম্মী।

(মনি নুংঙাইতনা টেবলদা শোরগা চৌকিদা ফমথবা. ২ মক ঙাইহাক ব্রা ঙাওনদবা)

মুক্তি—(চঙশনলক্লুনা) নহালমখৈ ঐখোয়দা নীতিগী লাক্লম্বা নঙনা, চৎলমদায়গী নুমিৎ ৪।৫ নি অসিগী মনুংদা ঐখোয়দা লাকপদি লায়রদুনা অস্তম্না চৎপা তারে হায়বা ফাওবা পাউ অমত্তো পীরক্কবা করিগীনো ?

মনি—(করিমত্তা থুমদবা)

মুক্তি—(ভাব ১ দগী মপী তানা কন্না লাউথোকখিবা) মনিহার !

মনি—(তপ্না মঙক হায়গৎলক্লুনা) মু—ক্তি—!

মুক্তি—পাবুংনা চৎকদৌরে হায়না হায়বা তাবদগী নঙগী নপোৎ অসি থিনবিগে হায়দুনা লাকপনি। (ফীনুংদগী মোনথুম অহম্বা অমা লৌথোক্লুনা লংশম্বা টেবল ময়াদা শন্দোক্লা তাবা, নৈদুনা থুনা চৎপা হৌবা)।

মনি—মুক্তি—মুক্তি। (কন্না লাউবা, চৎপা লেপ্তবা তাঙ্গাসিদা ট্রে অমদা চা কপ অনি, প্লেট অমদা লড্ডু অনি পুদুনা শান্তি থোরকপদা মুক্তি চৎখিবা উদুনা)।

শান্তি—মুক্তি (মুক্তি লেপ্লা) ঙাইখো।

মুক্তি—(কপনীংনা) ঐ চৎলগে।

(শান্তিনা টেবল মথক্তা চাগী ট্রে থম্মগা

শান্তি—ঙাইখোনে।

মুক্তি—তল্লি (চৎপা হৌবা, শান্তিনা ফাদুনা)

শান্তি—কৈদৌরবগে, নখোয় অনি অদুক কন্না লাউনরিববু।

সেনে চা— থকলয়োনে। ( চিংশম্বা মুক্তিনা য়ানিংদবা, মনিদা) নঙ অঙাংদা করি হায়না চৈবিরুরে। (মনি লুকথবা) ঙাইখো নখোয় অনি ঙাহাক্তং লৈমিন্নরগা হেক্তা পঙথক্তা খঙনবা অসিবু করিগীনো ? সে চা থক্তোকলরো লাকওশে চা ঈংঙগনি। (হয়গা চিংশিনবা) হোরেল মাগী পাবুং লাকলগা ভাকলগা ফুহনগে। (চিংশিন্দুনা ওইথংবা চৌকিদা নমদুনা ফমহন্বা, মমায় লৈথোক্লবা) চৎকদোবা হয়েংদা ঙায়রবদা খঙন-চৈনবা হৌনব্রাও ? (ট্রেদগী চা হেট কৌংোকলগা মনিগী নাকল ওইনা থম্বা) চৎলম-খোংলমদায় হায়বা অসিদি হায়্না খঙন-চৈনবা কয়া লৈরবস্তু চান্নরিবনি। ইরেন্না থকমিন্নরো খঙনরক্কো। (ট্রে পুক্লনা চঙখিবা, শাউন-না লৈশন্নরকপদা মিং চানবা; অমুক শাউনা লৈংোরবা, অক্লন্না ২।৩ লক থোবা, মনিনা চাদা মখুৎ লুন্নগা শাদুনা মরৈনা লেকপা, ঈংবগী ইঙ্গিত্তা মুক্তিগী মাঙদা চা-কপ ইনশন্বা, ২৩ লক অক্লন্না থোবা) (লড্ডু প্লেটস্তু ইন্নবা, শাস্তি থোরক্লুনা তুমিন্না মতৌ য়েংঙুরগা নোকপা)।

শাস্তি—(নোক্লীংবা খাঙনা) নখোয় অনিবু কেরোন কাপ্নরিব্রা ?
(২ মক খঙনা ইকাইনা)

মুক্তি + মনি—আঃ (চা কপ পাইখৎনদুনা খঙৎক থকপদা পোক্লুনা ওথোক্লবা )

শাস্তি—আঃ তপ্না খকউ, তপ্না খকউ; কনাস্নু খকখিরোই।

(নোক্লুনা চণ্ডখিবা, অনিমক কপ পায়খত্তুনা থকপা হুরান্দুনা য়েংনবা, মনিনা চাগে মতাগুম লড্ডু অমা লৌদ্রুনা ময়া লাওনা কাখোক্লুনা হাউনা চাবা মালহনবা, হুরান্দুনা মুক্তিদা য়েংবা, মুক্তিনা, মনিগী খুচাদুদা হাউগদবা মান-দুনা মতিল য়োংপা, মনি উশয়দবা, মথুং ভপ্পা লাম-থোরক্লুনা মুক্তিনা লড্ডু লৌদুনা মরৈনা লেকপা, মনিনা খংলৈ নৈশন্দুনা য়েংবা. মুক্তিনা ইকায়বা খাণ্ডনা)

মুক্তি—চানীংঙগা চানি, নঙগী লড্ডুরা? ইনমবেম্মনা পীজবনি। (মনি খোদেম্বা) (শাউনীংনা পুম্নপ হুকচন্দুনা চাবদা, মথবাক পন্দুনা, মমিৎ মনা ওংখৎনা থবাক নমদুনা খাওবদা ওম্মক্তদুনা) (চা থাঙজত্নুনা খংথক থকচনবদা, শামনদুনা লড্ডুসু-চাসু ওথোকপা, মচিন্বাল মখা পোক্লুনা মথুংনা মচিন্বাল চিংথোক্লগা) (উত্তুনা) ত্তো-পোক-এদো (শাউমনখিদুনা মনিগী লুমাংগী শম পায়দুনা চিংবা, মিৎকা মিৎকা চায়খিদুনা. মতম কুইনদগী ফোঙ-দোকপা ঙস্রত্রবা থম্মোয়গী য়া ফোঙদোক্লবা, বেকগ্রাউণ্ডদা ম্যাজিকী নীংখিরবা ইপোম, শম পায়বা ভপ্পা ২ থাদোক্লুনা পিগী ইরা চেনত্নুনা য়েংনরগা লুকথনবা, মনিনা ভপ্পা হাইগৎলক্লুনা মুক্তিদা মুম্না য়েংলগা)

মনি—মুক্তি। (মুক্তি মমায় ভপ্পা হাইগৎলক্তুনা, মিৎকী **ART** তা "করিনো" হংলগা টেবল ময়াদগী মোনখুম লোখত্তুনা পীবা, লোবা মুম্না য়েংলগা) অদুব মুক্তি। ঐনা

মুক্তি—(খরদং নোকহন্না' সে ঐহাক্তু নোকএ। (২ দার নোকখিন্নুবা).

মনি—মতুং অমুক কপ্পরোইকো?

মুক্তি—কপ্পরোইনে।

(শান্তি মকোক ভাওবনা মখুং ওইনা মকোক পায়রদুনা, মেৎনা স্নাবুল পায়রদুনা ঈশিং শোকপা থোরকপদা মখোয় অনিগী মপা থোবদা, তুবা, মুক্তিনা হোৎচদুনা কোনখৎপা, মনি চঙশন্দুনা ফমথবা)

মনি—(মশা পায়দুনা) ইতৈবেম্মা। ইতৈবেম্মা!

মুক্তি—ইনমবেম্মা। ইনমবেম্মা!

("উম" হায়না তপ্না স্বর শাংনা হন্থরকপা।)

মনি—ইতৈবেম্মা! কৈদৌখিরবগে?

শান্তি—করিস্থ তৌদে, চুন্না কোক ভাওহন্না তৌবনি।

মুক্তি—নত্তে, ইনমবেম্মা! ইমুংদা চঙননবা তৌসি (মুক্তিনা কোনখতুনা পুশনখিবা মনি ওক্না থেডুনা লৈরে)

মনি—ঐখোয়গী ইতৈবেম্মসি, মহোশা অন্নুমা থক তৌদে,... (খল্লগা) ঐবু ডাক্তর অমা কৌরক্লসিন্না? (খল্লিডৌদা মুক্তি থোরকপা) কমদৌরে মুক্তি! করিগ্ন তৌরম্নোইরো?

মুক্তি—করিস্থ তৌরোইদা বার্নিংনি।

মনি—(ওক্না) করিনোনে বার্নিং হায়ববু?

মুক্তি—বুদ্ধু! লৈমিন্নরগা, অদু ফাওবা খঙদ্রবা?

মনি—ইস! অদুবু করিনো?

মুক্তি—অপণ্ডবা ! ( মোত তৌদুনা ) চাউথোক চাউবা, ঙৌরোক ঙৌরবা, ফজরবা নচা নিপা অমা ফংলগদোৌবনে।

মনি—( হরাওনা লাউবা good, good.

মুক্তি—( কন্না খুম্বা ) লুরেহ ! ( মনিবু লকনদুনা )

ঈশৈ !

হো অপণ্ডবা ! হো বুদু ! ॥

অহুক পণ্ডবা নহাক্না, M. B. B. S. পাশ তৌবা,

করম্মদি ঙমগনি ॥

( মনিনা শাউশিন্নদুনা লৈথোকপা )

মীরমলেন্দা চৎলগা, মণ্ডগী পণ্ডবা ফজবা

পুকচেল অদু চেন্নমু মীনা নোক্নখিগনি.

অচুম্বনে সত্য ॥

শাউরগমুও ! শাউরগমু ও !

ঐনা ফাগি তৌবনি হো অশিংবা

( মনি নোক্নুনা লৈশনলকপা )

সাহেবকীদি পুজারী ইমাগীদি ইবুংঙো

( মনি শাউনা লৈথোকখিবা )

ঐগীদি থোঙতেকপা ! হো থোঙতেকপা

( ঈশৈ শক্না শক্না চণ্ডশিনখিদুনা মনিগী ওইথংবা সেগাদা য়েম্লিবা চৈ অদু খণ্ডশৎ শত্তোকপা, মথুংনা ঙাকহৌরবন্থ রান্না থীনা তুবগী মওংদা তুশনদুনা, রাম্থশন্নবা )

মনি—ও ! ( মুক্তিনা পাখৎনা হোৎচন্দুনা )

মুক্তি - মনি! (মতম্বাক্তা মকোক থাঙ্গত্তুনা) মনি! মনি!
(মনিনা তপ্না "আ" হায়না হন্থশম্নরগা, মুক্তিগী লুমাংগী শম পায়ত্তুনা)

মনি— খঙত্রা, নঙ হৌজিক ঐঙোন্দগী নাম্থোক্তুনা কদায়দা চৎকনি? (হৌগত্তুনা ফম্বা)।

মুক্তি— অনাবা খাঙনা) সে খাদোকও নারে। সে, নারেবা খাদোকও সে— (মুক্তিনা ভাব তারক্তুনা তিক্রি হৎপা মনিনা খাদোক্তুনা খংহন হন্দোকপা)।

মনি— ঙাওশন্নরিয়ে।

মুক্তি—(চেম্থোক্তুনা) নঙনা ঐঙোন্দগী হেন্না শীংগত্রাও? বুদ্ধু! অপঙবা ও! ... (ম্লাবুল উরক্তুনা) হাই! ঐদি ইকাউ কাউইনা (ম্লাবুল পায়দুনা পুখ্রিরোমদা চৎপা হোবা)।

মনি— কদায়দনো তৌরিবত্তুবু?

মুক্তি— ঈশিং শোকপনিদনা—।

মনি— অদুবু নঙবু শোকপীয়ু হায়ত্রাও?

মুক্তি— অসিবু ঐনা শোকচদনা, চীনফেন ফবা নঙনা শোকপীরগত্রাও? (হাইনোক্তা চঙখিবা, মনিনা লঙনগেদা হায়না ব্রাখল তৌদুনা লৈবা, ঈশিং পুদুনা কারকপা)।

মনি— (পোঙনা) হাই। নঙবু হৌজিক ফাওবা চাক থোংত্রিত্রা?

মুক্তি— (নোকপা খাঙনা শিখশন্নত্তুনা) থোংজরুরনি।

মনি— (শাওশন্ননা) থোংজরুরনি হায়বদি মুমিৎ অসি ঙল্লিত্রাও?

মুক্তি— মাগী পাবুংগী হৌনবা প্রোক প্রোক হেক্তা চাকদৌরনি।

মনি— প্রোক্ প্রোক চাকপা হায়বদি (য়েংথংবা শেংগাদগী চৈ শক্তনা মুক্তিগী মথোঙদা কনবা।

মুক্তি— নাইনে বুদ্ধ! (মাবুলদগী ঊশিং লৌদুনা মময়দা চাইশনবা, ২ মক কয়া নোকমিন্নবা)

# Interval

## বিশ্রাম।

---

## ২শুবা অঙ্ক

## অহুমশুবা ঊংপা

## দলান।

(একাশিণীগী পিক্ক চেংতক্লা নীংথিরবা, ক্লিন্দ্র স্টার কয়াগী ফোটোনা লৈতেংলবা দলানগী মাঙ্গোলনি। টেবল ১দি চৌকি অনী নাকল ওইরগা থারি। চৌকি অমমমদা মেঘ, রনবীর ফমলি। টেবল মথক্তা রম লিক্কি অমা থমলি। ফজরবা লৈরোং য়েকপা গ্লাসতা য়ু তথ্বায় অমা য়াওনা রনবীরনা পায়রি। গ্লাস অমনা একানা পায়রদুনা মেঘগী মনাক্তা লেপ্লি। মেঘনা একাদা থুং জর তৌরি।)

একা— ঐগী কেশ অহুগীদমক্তা পয়শা্র, অমক্তাওবা লৌরিয়ু-মান্রে: অতগা ঐনা গুসাইদগী থদাঙ মীরাংনবা মথৎ.

পাম্বজরক্লিবা অসিগুম্ দোকিমু য়াড্রিবসিবু, ঐবু থপ্নাউবানা
ইকায়রবা পীবিগে থনবিব্রাও ?

মেঘ— নত্তে নত্তে ইবেম্মা মাচুগী মাথল নচ্চদে ; নৈঁর চুম্মী,
ঐনা তৌজরিবা সঙ্গ অসিগদি থাজবিদবা য়াই ! অদুনা
I promise (আই প্রোমিজ) ঐগী পুন্সিদা মসি অমুক্তা
শীজিন্নজজি ।

রন — বাবু, কৈম্নৌরগনে ? মসি পনর্গদোকনু নত্তে (মোত
তৌদুনা) কুট — গড় — লোইরেনে ।

মেঘ — বাবু । মসি অশেংনরক, ঐ কন্না হৈনজদদুনা তৌবনি ।

রন — হা-হা-হা । সংস্কারসিদা হৈনবা করম্বা পোং লৈবগে ?
শীজিন্নখা তপ্না তপ্না হৈনজরকপা ভাক্তনি ।

মেঘ — অদুদা বাবু । মসিদা হৈনহল্লগা করি ফাজবা লৈবগে ?

একা — হোয়নে, হৈনবিরম্লনে, ওসিদং থকপনদ্রি হৈনখিরোইদনা
সে ফানজীনবিরে ।

রন — য়ুচুম্বনি । ঐগীদসে বাবুদা ইনশীনক্কবী রো নত্তে । ওসি
থরদং তৌশিন্নদুনা মুংঙাইমিন্নবা অগনদি বাবুদা অমাঙবা
করিমত্তা ওইরোই ।

মেঘ — মাপ তৌবিয়ু (হৌগৎকে তৌবা, একানা মরেঙজুব পাক-
দুনা কমথকবা)

রন — বাবু তৌবিয়ু । ব্রিপত্রিক ইঙ্গিসানিদা, ভোটকী অজন্তে
ঐখোয়গীনে অন নে, বাবুগীদা অমম্ততনে ।

একা — কাম্মদেরে । (নবদুনা ইসবা, রননা চৌকিদা গাজনা

ওকশয় ফাবী, থক্তি থকথ্রগা হাবী, থবাক পায়দুনা খাওবা )

য়ন— বাবু চুরুপ তৌবিগে হায়ব্রাও ? ( মঙক্লা থকওই হায়না সাইন তৌবা )

য়ন— বাবু ! থরা হাতক তৌখিবা অদুনা থবাকা খৌনাউকা ময়েং ময়াং চৎলয়নি।

( সাইন্দা একানা য়ু অমুক হৈবা )

থয়সিদং থকপীয়গা পুংক ফগনি।

( য়া ঙাওদনা তুম্মিয়া লৈবা )।

একা—হোয়দা ওম্থোক্লা মুংঙাইতনা উকয়েদা।

( ইনশনবা, তয়ংদা থকপা—শুগত্তুনা থবাক পায়দুনা খাও বা, থরা মুংঙাইবা ফাওনা, মিৎনা উইথদুনা ঙাওবা হৈয়কপা)

ঐনা হায়জবদুনে, য়াম্না মুংঙাইবনে।

( ময়ক্তা য়নসু থকপা )

মেঘ—(লোল খোইরপ্না ) একাশিনী ঐমা লৈয়িবসি কদায়দনো ?

একা—কৈদৌয়গে ? ঐহাক্কী য়ুমদনে।

মেঘ—ও— ( টেবলদা মকোক শৌবা, ২না মিৎচি খৎনদুনা অমুক হৈবা. একানা মকোক তপ্না হাইগৎপীগা )

একা—সে. সিগা ফানজনবিয়ো (মথুৎ নামনা মেঘগী মথুৎ লোখত্তুনা গ্লাস পীবা ) থকচিল্লো।

( মেঘনা থকচনবা, য়াম্না হেম্না ঙাওরকপা, একা হন্দোকপা)

মেঘ—(লেপথংলক্তুনা) একাশিনী !

( একাবু লামলকপর্দা চৌকিগা লোয়ননা কুখা )।

( একানা গ্নাসকা, লিক্লিগা পায়দুনা )

**একাগী ঈশৈ ;**

পুন্সিগী মুংশি লমজীংবা

মুংশি শকখঙ মুমিত্তগী

য়াইবী থবায় কচ্চখ্রে ॥

মেঘ—**Fine, Fine** (ফাইন ২) **Capital** (কেপিটেল) ।

একাগী ঈশৈ

মুজাগী চাক্লবা থব্নায়সে,

নঙগী চয়বা ৱাহৈনা ;

থম্মোয় মৈচাক মুৎপীরোনে ॥

লোইদাম কয়া চঙনা কৈদৌবগে ওইনচাওবা

মেঘ—( হৌগৎপদি ঙমদনা ) একাশিনী, ঐ অসে, নঙগী নফমদা ভশেংনা লাবখ্রে, হায়বসে. ঐ ইশানা সরেঙুয় ভৌরে । ( মেঘনা ৱ ভাঙলিভৈদা একা, ৱননা নোক্লদুনা মমিৎ কুপ্নব )

একাগী ঈশৈ

মিৎকী পিরাংনা শেমজয়ক্লবা

আশা লৈরাং নাচোমসে

প্যাখং নাপদা থেৎচগে ॥

(ঈশৈগা লোয়ননা গ্লাসতা হৈহুনা য়ু অমুক পীবা. মেঘ হৌগৎলক্লুনা একাবু তাম্নবা, থীনা ভুত্নুনা অমুক হৌগৎপা তৌদনা, তুংথগ্নবা. একানা চঙশন্নুনা য়েংলগ।)

একা—তামো! মা পুন্না ওইখে। মাবু অসিদা হুম থম্বদি ফত্তে কমদৌশি হায়বগে?

রন—as you like (এজ ইউ লাইক)!

একা—(খল্লগা) তামো। মসি ময়ুম য়োদবদি ফত্তে, তামোনা নিপা হায়বত্থু থোকই, ময়ুম ফাওবদং থিন্দোকপীরুরসি টেক্সি অমতা ফাবিয়ু।

রন—ময়ুমদা! এঃ (শাস্তিগী মমাঙদা) ঐ— মত্থুমা ওস্মোই।

একা—ইহে, তামোনা হেন্না জ্ঞান তাখিদ্রেনে! ময়ুমদদি করম হায়না থিগল্লুনি। মখোয়গী লৈকোল অত্থুদা লংশল্লম্মগা লোইরেদনা। অমুক্তা ফাবিরুরোনে।

রন—Oh! yes, (ওহ, এস) মাত্থুমা য়াই।

(চৎখিবদা য়েংহৌরগা, চঙশন্নুনা মেঘগী ফুরিৎথাউ মাবা)

## ২ শুবা অঙ্ক

## ২শুবা উৎপা

## অতোপ্পা লৈকোল অমা।

(অহাম্বদা ম্যুজিক হৌবা, মুক্তিনা লাইব্রিক অথাবা অমগা মনিগী কাটর সাইজগী ফোটো অমগা লোয়নুনা, মথুৎ

য়েৎনা কাক্তোক্লিবা এনভেলপতা হানবা চিঠী অমগা পায়রদুনা লৈদুনা থোরক্লগা, লাইরিক অথাবা অদুদা মনিগী ফোটো ওারগা, ম্যাজিক লেপথিবা, মথুৎনা চিঠীদং পায়হোবা মুক্তিগী মপূংফাবা বেঙ্গলী ফিজেৎনি)

মুক্তি—( ফোটোদা খুদোম্বী থিন্দুনা ) নও অদুম তূমিন্না ফমউ। শমকা পায়রকনু য়াম্না নাইকো। (উপ্রাক্লা হিপথদুনা থদাংদা খুৎ শোরগা, ফোটোদা অমুক য়েং চিঠীদা অমুক য়েং ত্তোরগা ) অদুগনে মীগী খোইদো শাউগৎপা ব্রা ঙাঙলবদিনে, নচীল মচা অমতং পাল্লিবদো পৎ থদং-কদোবনি, খঙলব্রা ? (লেফা-কা শেগায়দুনা, স্বরনা কামদুনা চিঠী লৌথোক্লগা তপ্না ফাক্তোক্লুনা ) নও করেম্বঙ্গরক-কম্নুকো খঙওব্রা ? ( কিন শীংবা )
(off-ভগী মনিনা চিঠীগী মরোল পারকপা )

"জয় হিন্দ"

মাদ্রাজ মেডিকেল কলেজ।
কলেজ হোষ্টেল।
ষ্টোরিট্ ৪, রুম নম্বর ১২ B.
মাদ্রাজ – ২
4, 4. 70.

মুক্তি !

মুক্তি। হন্দক ঐহাক চিঠী খজিক্তং থেঙনা ইথে্। মসিদা নওনা শাউরবসু, য়াম্না শাউগনু। খিক্তং থেঙবগী খিত্তা

মশাউ। (মুক্তি নোকপা) মুক্তি! মমাগী চিঠীদা মাত্রাঙগী প্রকৃতি অমদি খুৎশেমগী মরমদা ঐনা শন্দোক্লা ইরে। অঙকপানি মুক্তি। ঐনা লৈরিবা দলান মথোন মরি অসিগী ভেরেন্দাদা কমলগা, রেঙ্গুনদগী মাদ্রাজ পোর্ট তপ্না লাকইবা, নঙনা তোংলক্লিবা, (মুক্তি ঙকপা) জহাজ অসি, ঈশিংগী লম্বীদা মরক্তা খুদোঙথীবা থোক্তুনবা, লাই কল্লা নীংজৈ। অদুবু খঙহৌদনা অকক্লবা নোংলৈ নুংশিৎ অমা লাক্তুনা, চাউরবা মাইল ২।৩ পাকপা, মাইল ½ মুক রাংবা ঈথৎ অমা পুরক্তুনা, জহাজ অদুদা কুক্তনলরবদা জহাজ অদু কায়দুনা ঈশিংদা লুপ্লে। নঙস্ু য়াওমা লুপখ্রবদা, নঙ লৈত্রবা সংসার অসিদা ঐনা অমুক হিংলুদুনা কৈদৌরুনি। ঐনা নঙবুতদি কনবা ঙমব্রা হায়দুনা দলান মথোন মরিদগী শিগনি হায়বা কাউথোক-উদুনা কম চোংথরুরে। (মুক্তি ভাব অমদগী ফিংনা ফুক হোগৎপা) মুক্তি! দলান মথোল মরিদগী চোংথরবা মীনা করি অমুক হিংনীংঙাই লৈরি। (মুক্তি ফিংনা তরঙদা লৈবা, চিঠী পাবস্ু ঙাহাক লেপ্লা, মুক্তিনা তপ্না মখা পাবা কিনা চিঠিদা তপ্না য়েংথবা, অমুক পারকপা) অদুবু ঐগী ইপাদা লৈরম্মিবা ইলেক্ট্রিকী পাখা মিকপ খঙথোক থোকপদি কয়াদা ইংঙম্মে। (মুক্তি কল্লা নোকপা, অমুক পাথদুনা)

মুক্তি—বুহু! অপঙবা! মঙগী রারীনি হায়না হাম্না রামাঙ য়ানবা য়াত্রাও। ঐদি পাথৎলুরেদো। (কৌটোদা শুগৎপা)

( চিঠী ) য়েংঙ্ুদো, কয়াদা নাতৈ চাখিত্রবা মঙ্নো ? করি অমুক ইখিনি। মুক্তি ! মথা ইনিংঙাই কৈস্থ লৈতে। অদুগা - "লাইনীংবী"দি."কাউজদেয়ে" । ইতি ।

N. B.—মঙদা নঙ ঈশিংদা য়াম্না লুপ্লস্মে পোক শোয়দনা থুংঙম্মনি। ঈশিং আশাবা লুম্মগা থকউ । বাই ওর্ডর ডাক্তর মনিহার M. B. B. S.

মুক্তি—(কোটোদা) ইস ! অঁসিবু M. B, B. S য়া ? বুদু—অপঙবা ! (লরুদুনা হায়গী ঈশৈ শকপা, মখোঙ কোনখৎপা)

ঈশৈ

হো অপঙবা হো বুদু !

অদুক পঙবা নহায়া M. B B. S. পাশ তৌবা

করম্নদি ঙমগনি ॥

( উপ্লম্বদগী লোংনা ওস্থোরক্লুনা)

মীরমলেন্দা চৎলগা নঙগী পঙনা ফঙবা

পুকচেল অদু চেল্লুনু মীনা নোক্লখিগনি

(রাহৈ ওইনা) (অচুম্বনে সত্য ! এ ! শাউবকাসু হৈ-ন-হৈ)

(অমুক লৈথোরক্লুনা উপ্লগা)

ঈশৈ

শাউরগমু ও ! শাউরগমু ও

ঐনা ফাগি তৌবনি হো অশিংবা

সাহেবকীদি পুজারী ! ইমাগীদি ইবুংঙো

ঐগীদি খোঙতেকপা। হো খোঙতেকপা !!

(অরোইবা পদগী ঈশৈ পরেং ১।২ দা কেবল চঙলকুনা তাবা, ঈশৈ হেক লোইবগা. খোদেম্বা।

মুক্তি—(মপা উবদা ফিংনা) আঃ—(পোংচৈ পায়খত্তুনা কৌত্তুনা চেনগে তৌবা)

কেবল—(মথুংনা খামদুনা) আঃ য়াম্না ফৈ; য়াম্না ফৈ (মুক্তি লৈফম খুঙদবা লৈবা) নখোয় Logic [লোজিক] [Phylosophy] [ফিলোসফি] লৌবা মীদি অমুম্বা অহাঙবা অমহাং লৈকোল কয়াদা থোক্কুনা লাইরিক পারবদি প্রকৃতিগী মতেঙ য়াম্না য়ংগনি।

মুক্তি—হোয় পাবুঙ [জ্ঞান তাদনা চেনশিনখিবা]

কেবল—[নোক্কুনা য়েংহৌরগা] অসিবু ঐনা, ইনশনলুব্রসে, লুইদকো হে মতমগী থোদাং ………।

---

## ২ বা অঙ্ক

## ৩ শা উৎপা

## য়ুম্ময়া লৈকোল। (নুমিদাংবাইরম)

(লৈকোল অসি হায়গুম্বা লৈশু শাত্রে; চৌকি টেবল লৈত্রে। উরি য়ারীনা পূময়েৎ য়েৎশন্দুনা হায়গী ফজবা পূম্মক মাঙখে। ময়াই ওইরম্বা ফি অমদা শাস্ত্রগী মচাম্নুপা থা ৮/৯

শুরবা উপ্‌া হিপ্তুনা, মেঘনা মহৌশা লৈরকখিবা শান্নপোংশিং শান্নরি মহৌশাগী ফিভমদগী য়াম্না কায়না মপাদা স্না-লুপাগী লৈতেং অমতা য়াওদনা ইথোল মনুং অহুদগী থিরুবা শীং খরা পুরদুনা, ময়ায় ওইনা মোংলবা ফীগোলদা য়ুমগী ওন্নবা নাকন্দগী শান্তি চঙলক্লগা )

শান্তি —(মচাগী ময়াদা লেপ্তুনা) আশা ! ইমা লোইরে ; ঙাহাক্তা কপখিন্নুকো।

( শীং পুহুনা চঙখিবা. অমুক গোরক্লুনা মচা পমখৎলগা )

আশা কুমার ! (চে-ফেৎ কোনশন্না, কপ্তুনা )

ইমাগী ইবুংঙো লাইরবা ! লাইবক থীরবী নমাগী গর্ভদা করিগীদমক্তা চঙলকপগেনে ইমাগী ইবুংঙো। নঙগী নপা লৈজহুনস্নু, লৈত্রবনিনহৈ আশা কুমার ! নঙগী ষষ্ঠী পূজাদা লাকপীদবতা নত্তনা ঙসি চহি অসিমগী মনুংদা, মরক মরক্তা স্না লুপা লোবা লাকঅম্বদগী, হৌজিক্তি স্না লুপা অদু লৈরক্লুহনা লুপা ২০০।৩০০ শিংপা য়াবা মান লোননবগী-দমক্তা চিঠী ইরকঅগা মী ওইনা থারকঅবনিনে ! মসিদা পীরুত্রে, ইমাবু শিবা মচেৎ থাক্লা ফহুনা পুখিদো । হৌজিক্তি নঙ ঐবু য়োম্হোক্লগা লোরগদোবা নত্তনা, নঙগী পাবুঙগী মনিঙ থুংনবা পীনিংঙাই ইমাগী করিস্নু লৈত্রে।··· ইবুংঙো ! করি মতৌ কোৱগে ? নোংমতা মী অমগী মফমদা, অকষা রাহৈ শীর্জিন্নরক্লুবা নহাক্লা. হন্দক তৌখ্রিবা মতৌ অসিবু করিনোনে ? ··· অদুগা হন্দকী অঙাং

অসিনা নিপা ওইরবদি, মমিং "আশা কুমার" খোনগনি হায়দুনা, ঐগী গর্ভদা লৈরিবৈদগী খোনবিখিবা নচাগী মমিং নত্রা ? ঐবু পুন্সি অসিমগী কাউখোকপিগ্রবস্থ, নওগী আশাবু নোংমতম্ভ মীংশিংবিদত্রনে ইবুংঙো… (কপ্পা কপ্পা)… মনিহার। নওনদি নওগী পাবুঙগী মখুৎনা ইবা চিঠী অমতা ফংদ্রে হায়দুনা নিনি কাংদনা ইতৈমদা হংলকই। নওগী পাবুঙনা ইরক্কবস্থ, ঐনা ইরক্লিবসিনি, "আক্কানি" হায়না পাউথুম পীবা নত্তনা, ইতৈমগী করম্বা পাউথুম অমুক লৈরি। মতুংদদি অসিগুম্বা বাহং অসি হংলক্কুনা, ইতৈমবু অমুক ৱাহনলগমুকো … মনি ! নওগী পাবুঙনা চৎলিবা শাক্সং অসি, নওদি খংঙি-উরিরোইদে। মীপূম খুদিংমক্কী চওজফম ওইরম্বা, নওগী পাবুঙ অম্ভ ওসিদি মীপূম খুদিংমক্না থৈদুনা চৎনরেদো। ইতৈমগী ইবুংঙো। মসি পূম্বমক অসে নও লৈরম্মবদি খোক্লম্মোই-দো। মনিহার ! অসিদা ইতৈম্মগী বা করি অমুক্ লৈরি। নও নত্তনদি কম্বা ওম্মরোইদোবা, অশিবগী মথায়াত্তা ভারবা, নওগী পাবুঙবু কল্লবা মতম ওইরেনে ইতৈমগী ইবুংঙো ! (কপ্পা কপ্পা, তাক্কাসিদা মুক্তিনা থাপ্পা কৌরকপগী মওংদা)

মুক্তি—(মম্মুংদগী) ইনমবেমা। ইনমবেম্মা। (শাত্তিনা য়েংঙ্গরগা মমিত্তগী মপি তৈথোক্কুনা, নোকশিন্নদুনা লৈবা, চেন-শিন্নক্কুনা) ইনমবেম্মা ! (মুক্তিগী হাম্নগী বেঙ্গুলী ত্রেসনি)

শান্তি—হাও—ও –

মুক্তি—ঐনা আদগী কৌরকপা তাব্রাও—

শান্তি তাদুনবু, ঐস্থ লেপ্পু না ঙাইরম্মীবসিনি।

মুক্তি—আশা কুমার। (অঙাং লংনবা)

শান্তি—মুক্তি! নঙনা লাকপবু করিগীনো?

মুক্তি ঐবু অসিদা লাকপা য়াদব্রনে?

শান্তি--য়াইয়ে। অদুদা করিগুম্বা অমা লৈদুনা পাবুঙনকা থারক-
পয়া হংবনিদা।

মুক্তি—ঐদি পাবুঙগী পাউখোল্লোই ওইবা হায়দস্থ মা-উনদনবা
লোংপদা লোংফম লৈতদুনা চেল্লকইবসিনি।

শান্তি—নঙবু পাবুঙগা কৈদোনরবগেনে?

মুক্তি—করিস্থ তৌনদে।

শান্তি—কৈস্থ তৌনদনবু লোংপা হৌনব্রাও? শোয়দনা নঙগী
নরাল অমা লৈরমগনি।

মুক্তি—সুকলৈ লৈতে, ঐনা ইচুম চুম্মী!

শান্তি—(নোকুনা) অচুম্বা নঙনা লোংলিবা?

মুক্তি—অং...। খঙঙব্রাও? মীসি চুম্মল্লবস্থ লোংপনে।

শান্তি—চুম্মল্লবস্থ লোংপা ... .... ?

মুক্তি—অং —

শান্তি—(নোকমি ২ তৌদুনা) নঙগী মরম অসি ঐ খরা
খরা খঙঙকপগুমস্থ তৌরে। অমুক্তা হায়দোকউ।

মুক্তি—এঃ এঃ কৈস্থ নত্তে (লাঙশমদুনা অঙাং লংনবা)

শান্তি – (হন্দোক্লুনা) তৌবিন্নু মুংঙাইতেনে।

মুক্তি – (শান্তিগী ফিভম উরুরগা) ইনমবেম্মা ! মনিহারনা হেক চৎখিঙৈদগী ইনমবেম্মগী নখাই অদু ইমুঙ মুংঙাইনা লৈবা উদে। নশাস্থ হায়দগী য়ায়া শোকচল্লে। অদুগা মসিদা ঐনা হায়গদৌবা মরু ওইনা শাউনিংবা অমনা (চঙশন্দুনা ফিজোল পায়রগা) অসিগুম্বা ফিজোল অসি শেত্নুনা ময়াম খ্বাই তামোখোয়গী মায় য়োনবিরিব্রাও ? অদুগুম্বা ফিজোল অদুদি মীনায় মুপীনাফাও শেৎনীং. ঙোই ..... ..... ও। অসি ঐ খঙহে, ঈনাকথুনবগী হৌনবা, হয়েং শিবদা পুনবা পয়শা তুঙশীল্লিবা জাৎনি।

শান্তি – অচুম্বমক্লি মুক্তি। শিবদা পুন·নবা তুঙশীল্লিবনি।

মুক্তি—নত্তে ঐনা হায়বদি, হকচাং নায়া লূ-হেন্না লৈবা হায়বসি থবাই মুংঙাইননবা অমদি নাদনবগী অহাম্বা পাম্বেনি।

শান্তি –(খরদং নোক্লুনা) উম ! মুক্তি ! চুম্মী নঙনা হায়রিবদো, অদুবু মুপী ঐখোয়গীদিনে, ইমিত্তা ইচা অমবু উরবদি, কেনীং-খোৎনীংবা করিমতা লৈত্রে। হন্নুবীগা চপ মায়খে্। আঃ ঐনা হায়রিবসে, হৌজিক্তি নঙ থাজখিরোই। মতমদু য়োরগা খঙকখিনি।

মুক্তি—ইবেম্মা ! ঐখোয়বুদি য়ুম পানজরোইয়ে।

শান্তি – হোয়, হোয়, অদুবুদি খোংঙকলগা খঙগদৌবা খিত্তা ঙায়রেদনা।

মুক্তি – খঙনীংঙগা খঙজোদনা।

শান্তি— ( নোকলগা ) ঙাইখো মুক্তি ! নখোয়গী সেকেণ্ড ইয়ারগী ফাইনেলদি কয়া ৱাৎলি ?

মুক্তি—খিস্তা ঙায়রে ইনমবেম্মা মার্চকী তাং ১০ দগী হৌগদবনি ।

শান্তি · অদুদি কুইদ্রে ; ঙসি ২০ নি মুক্তা ঙায়রেদনা !

মুক্তি—( লৈকোন্দা য়েংশল্লুরগা ) বসন্ত মতমদবু লৈশিংসি, লৈ অমত্তসু শাৎখিদ্রে। মোৎনা মোৎলিবা । নখোয়গী বাহাদুরদুবু খরা শেংদোকহনবা য়াদ্রাও ?

শান্তি—শেংলুদুনসু কায়দ্রে, শাৎলুদুনসু তোংজদ্রে ; ইনবিগদৌ-ৱিবা খোইমু মহাক্না, শামায় লৈদুনা লমদম তাম্না পাই-খ্রবদা বসন্ত কয়া ওইজদুনসু লৈরাং মানা শাৎলুবগী করি তোংজবা লৈরিবগে ?

মুক্তি—হায়রুরে, মাগী অসিগুম্বা মনীং-মমাঙ থৎপা প্রমাণ অসে হেক্তা তৌরকই ।

শান্তি—ঙাইখো মুক্তি ! ঐখোয়গী ইকুংঙো মনিহারবা নঙোন্দদি চিঠিকা অমত্তা পীরক্রা ?

মুক্তি—ঐবুদি করি থোক্লে হায়দুনা পীরকদৌরিবা ?

শান্তি -হায়মা, করিসু থোক্লদ্রবদি চিঠিসিবু পীরকপা য়াদত্রাও ? ঐনা হায়বদি মতম কুইনা লৈমিন্নরম্বা লৈকাইগী মচন-মচানিকা হায়দুনা, কাউদুনকা পীরকপ্রা হায়বনি ।

মুক্তি – ( ওইননা. ইকায়বা খাঙনা, মখোঙ অনিমক ক্রং ক্রং কাওদুনা ) ইনমবেম্মা ··· হু ·· ম…

শান্তি—হেন্না নঙমা ঐঙোন্দা ইনমবেম্মা কৌবসে, ওম্মোক্লা পকচখিদ্রে। ইনমবেম্মা কৌম্নুদা—

মুক্তি— মিংগৌক্ষম খোকপগী কৌববু পকচদবা হায়বমুক লৈব্রাও?

শান্তি—লৈ .... ...।

মুক্তি—অদুদি করি হায়না কৌগদৌরিবা?

শান্তি—আঃ "ইচে" হায়না হেক কৌখোকউ।

মুক্তি—... হিংচাবী ( মনঙ্গলদা থুবাক্লা থাবা )

শান্তি—ঙাওশন্নমুনে, রা অমা হংখিগেনে। পরিক্ষা ময়া অসিদা নঙনা ঐখোয়দা অস্নুম্মা চখোরকইবসি পাবুঙনা লাইরিক ঔরাইদে হায়দুনা চৈদ্রা?

মুক্তি—করিগী চৈগদৌরিবা. ঐগী ঙহাক চখোকচ্চক্ষম কোয়খোরক-ক্ষম হায়ববু, মহৌশাদগী হৌনা মক্ষম অসিদনি। অদুগা হৌজিকস্নুনে নোংমত্তং মক্ষম অসিদা লাকহৌদবদা লাইরিক পাবদি লায়রদুনা তুক্ষম চাক্ষম ফাওবা খঙদেদো। অদুনা ঐনা মক্ষম অসিদা নিত্তিগী ঙহাক্তা ওইরবস্নু লাকই। ইনমবেম্মা লৈরমদবা মুমিংনা খিৎ নম্মী; লৈরম্বা মুমিত্তনা উম্নরিবসিনি।

শান্তি· চুম্মী ইবেম্মা! ঙকশমদা থৌরি থাংদুনা হেক্তা চিংবনি।

মুক্তি—করিমোনে ঙকশমদা থৌরী থাংবা হায়ববু?

শান্তি—খিৎ ঙকশন্নরমুদা ইবেম্মা! ঐখোয়দস্নুনে নখোয়গী অসিগুম্বা খোইরাঙ খোইশাওনবা মত্তম অসে. চপচানা হৌখি পোৎনিদা

মুক্তি এ ! ইনমবেম্মবু।

শান্তি—অঙাওবী ! নখোয়গী মতম অদু হৌখিদুনা হৌজিক্কী ফিভম অসি ওইরকইবনিনে।

শান্তি নখোয়না হৌজিক তৌজবা শারিবসিদি খজিক্কা, ঐখোয়-দি মৈ ঈশিংকা খঙঙকপোৎ নত্তে।

মুক্তি—(য়াম্না তানিঙবদগী খঙহায় ওইনা) ইচেবেম্মা ! করম করম তৌরকপা ? ব্রারীদু অমুক্তা তাশি।

শান্তি—( নোক্কুনা ) করি হায়বা ? ( মুক্তি ইকায়দুনা লুকথবা ) "ইচেবেম্মা" হায়বা !— হো অদুম কৌরবদি পকচরেদো !

মুক্তি—( ইকায়বা খাঙনা ) মীনা ইনমবেম্মা হায়রগা—মনাদি সেরান তুরান তারগা।

শান্তি হোয়দা, হোয়দা— !

মুক্তি—সে, লীরো হায়বা, ( তকশনবা ) করম করম তৌরক-পগে ?

শান্তি—হেরা, লীরুদুনা কান্নদ্রেদা নঙনা হৌজিক তৌরিবসি ঙায়দা। নখোয়গী হৌজিক লৈরিবা তামো অসে অসিনদি-আ— লাইরিক তম্বনি লো তম্বনি হায়দুনা কলিকাটাদা লৈথোকখ্রেদো। মুংতিজারগী তত্তুনা উন্নরিবৈ অদুদদি ঙাহাক্কা লৈমিন্নবা য়াদে, পঙখত্তা খৎলৈ। মুংশি চাংয়েংদি লাপথোকনরগা খঙই হায়বদো ওন্থোক্লা চুমখে। ডাক্তর ৺কমলগী মাধবীদা বীরেনগী ব্রাখল লীচিংনা হেনমনখিদুনা

উরীরৈন। থেঙলবা অহিংদা, লৈহাও কাখত্তুনা কোকিল ফাগে তান্নবদা, উশা তেক্কুনা পুখ্রিদা তাবা অদু, তামন-দ্রিবা জাৎনি। য়াম্না তাবা য়াখুপোৎনি। হাম্না ফাগি ওইনা ঙাঙনখিবা য়াশিং, মানা হংবা য়াদা ঐনা ইকায়বদগী থুমখিদবা কয়াশিং অসিনা, নোংজুথাদা হৌরকপা ঈচেলগী মতৌগুম্না, ঐগী য়াখল ঈচেল অসিদা, পা-না চেল্লক অবদা মদুনা লমজিং ওইদুনা, মাগা ঐগা তন্তুনা উৱখিবা মফম অদুদা, মাবু কোইথী থিজক্লই, ফংমনলক্তুনা "করিনো" ঐনা তৌরিবসি হায়না জ্ঞান তাৱক্তুনা ইমুংদা চঙলকপদা অথেঙবা অহিং ওইবনিনা অহল-লম্মন থেংনদুনা, ওক্তবী শীংদা কয়া চনখিবা। মথোয়গী ইমুং মনুঙদি লায়য়দুনা, মথোয় লৈকাইগী মী অমতং উবদা, অৱাবা খৱকাদি কোকইপোৎনি। মীদি লায়ৱদুনা, মথোইদা হৌবা উ-ৱা কাওবা পংমুঙদা মুংশি হায়রিবসিনি। হায়দুনা, তমক্তুনা লোইবা নত্তেনে মুক্তি। চাউৱবা শোরোক মীপুম তিংনা চৎলবা অসি কাওবদা মহাকপু শোরোক অসিমক্তদা মতম অমদা চৎলম্মিবনিকো খল্লুবদা, পাকথত্তুনা চুপ-নাংতি পোৎনি। হায়ৱিবা মতাং অসি নঙোম্দদি হৌজিক মতম ফনা থোকঅরিনিদো।

মুক্তি—ঐবুদি করিগী থোকদোৱিবা? ইনমবেম্মহোয়না পঙদনা পঙখল খগ্গৱদুনা তৌবনি! নিপাগীদমক্তবু য়ায় হায়ৱা? অদুগী শরুকপুদি ঐদি মুংঙাইনা তুমদুনা লৈথোকে।

শান্তি—আঃ কৈ, কৈ। অদুননি নঙনা ঐখোয়গী অসিদা সুংতিং-জারগী লাকনীংঙিবদো। ঐখোয়কা উবসিবু পুকচেল য়ান্না চাউথোকঅমগনিদা। অদুগা ঐগী হৌজিক্কী য়ারী অদুনা অরাবা তথাই অমদি কোকঅম্মনি। কোক্তুরনে ?

মুক্তি—(কল্লপ্না) ইনমবেম্মা—ও ( মকোক খোত্তুনা খাঙবা )

শান্তি—সুম! নঙ লৈরিঙৈদা, ঐ ঈশিং খিত্তা শোকহৌরুগে। নচা আশাসে ঙাহাক্তা পম্মম্মু।

( ইকায় খাঙদগী শাওশন্নদুনা চংকে তৌবা )

এঃ এঃ নয়াসিবু ঙাহাক্তা লো হায়বনি।

মুক্তি—(চঙশনলক্লুবা) অদু ওইরবদি লৌবিনি।

( মুক্তি নোকপা, অঙাং লৌবা )

থুজরকউকো, সুংশিদে—লৌজ-লাকচনীংদে।

(শান্তি নোকফেৎ তৌদুনা য়ুমলোমদা চঙখিবা)

হায় আশা কুমার। নঙ হয়েং চাউরগা য়ু থকদ্রা ? জুব্রার শায়গদ্রা ? খুত্রি পায়গদ্রা, শীংজং পায়গদ্রা? খুম্মুনহৈ।

( শান্তি বালটি অমা পায়দুনা থোরকপা )

শান্তি—(চংনা চংনা ) নচা অদু থাধনি ; ইরেঙ্গনা পম্মুকো।

মুক্তি—থাধরগে ( মোত তৌবা )।

শান্তি—থাধো, থাধো নঙদা মাঙজবনি।

( শান্তি চৎখিবদা য়েংহৌরগা )

মুক্তি—(অঙাং থাঙ্গত্তুনা য়েংলগা ) অসিবু থাধবা। আশা কুমারবু ঐনা থাধবা—থাধবা হায়য়ে।

( চুপ্তুনা হুরু হুরু লৈবা, লেপ্তুনা, ফমথ ফমথনা নপা কদাইদা চৎখ্রে, নঙ নখুরাভোন মশক থঙত্রা—আদা ডাক্তর তম্বা চৎখিবদো—( লোংনা হিপথদুনা মবুক্তা ফমহল্লগা ) বুদুগী মচাগুপা বুদুহল ! ঐনা হংঙিবসি খুম্মুনহৈ ( মখল্লাই অনি পায়দুনা নিকপা ) মীনা হায়রগা মমিৎ অসি তরং তরং য়েংদুনা লৈনহৈ নমিৎ অদু কোৎথোকউরা ? হা… আঃ কোৎথোকওইদা ২। থাঙ্গত্তুনা মকোক্তগী মবুক ফাওবা কোয়চৎ চংহনবা, অমুক মবুক্তা ফমহন্দুনা ) বুদু। নঙ ঐঙোন্দা করি কৌফম থোকই খঙঙত্রা ? · ইন্দোমচা কৌগদোবনিকো। অদুগনে নঙ ঐনা হায়বা ইন্দ্রবদিনে ( মনাভোন পায়দুনা ) ননাভোন অসি থদংলে খঙঙু।
( শান্তি ঈশিং পুন্থনা চঙলকপা, নোক্তুনা )

শান্তি—আ লাকএ লাকএ ( য়ুমলোমদা চঙখিবা )

মুক্তি—( অঙাং লিক পায়দুনা ) ইস। ফজখে,দা নঙগী লিক অসিদি কনানা শাবি ? ( মবুক্তা মমুং হানজিনবা ) নপা ( লোংনা ফুক হৌগৎলগা, সুন্দ্রংদা অঙাং পায়দুনা ) ইনমবেম্মা ইনমবেম্মা !

শান্তি—( চেম্থোরক্তুনা ) কৈদৌরগে ?

মুক্তি—( শুগত্তুনা ) সে লৌজরোসে। অমুক্তোইনা লোইরে।

শান্তি—ইহে, ইচোৎ চোৎলেদনা ( অঙাংলোবা, মুক্তিনা রা ঙাঙলমদনা অচোৎপা মফম অদু মখুৎনা পায়দুনা চেনখিবা )
মুক্তি-মুক্তি

মুক্তি – ( মমুংদগী ) মতুং মনাও লাকচরোই, ঐ চৎলে।

শান্তি কৰাদা চন্না ঙাওখ্রবা অঙাংনো? ... ... মহাক্তনা ঐগী অৱাবাসে ঙহাক ঙহাক কাউহনবা ঙম্মী। ওন্থোকপনিদা মফি অমা হোংদোক্লগা, চৎকেদি হায়দনা ইচোং হেক চোংনা চেনখিদা (অঙাংদা) হায় নঙ নন্দোমচাদা কৈদোরুরে হা ...... অঙাওবা (চুপ্তুনা য়ুমলোমদা চঙখিবা) (মুমিৎ খরা খরা তাশিল্লক্তুনা মমশনলকপা—মেঘ মকোক মরাং চোম্না, অমোংপা ফীজোলদা, য়ু য়াম্না ঙাওরুবদগী খরদং হন্থৱকপগী ফিভমদা, তুরোই ঙারোই চঙলক্লগা, মথু য়েংনা লৈপাক্তা শোত্নুনা মখোঙ তিংথোক্তুনা ফমলগা, ৱাখল য়াম্না তৌরবা তু দা তপ্না ময়ুমলোমদা য়েংশ্রগা, জ্ঞান খরদং তানা) Off ... ইমা ইপানা ইচিল ইনাওশীদমক্তনি হায়দুনা লোংম লোংমগী কাইথোক্তুনা পুন্সিসিমা চাবদা লোইররোইদোবা সম্পত্তি ..... ... ঐনা চহি কয়া চঙনা তাল্লরবা, ঐগী লুপা কয়া উনিং অহোবদা ঈশিং শোকপগুম থনবা নাইররোইদোবা, মাগী মফমদা অথাকপা লৈতনা পূম্নক হৈজনখ্রবা। পোংচৈ ফাওবদা, ইমুং অসিদা করিগুম্বা অৱংবা অমতা তাখিদ্রে। চহি কয়াগী চিঙ্গাক ওইরবা লৌ কয়া, অহিং অমগী খরচ ফাওবা কোম্নখিদবা। ... .... আঃ শান্তি! নঙ ঐবু ৱারৌগন্নুকো পাপকী লুরবা কোমন্নুংদা পূথরবা ঐহাকপু নঙনা চিংখং কদোবগী কন্না হোৎনখিবা পূম্নমক

অদুবু ঐনা য়েক্রবা অমনি হায়ন' খন্দুনা ফু-চৈনুনা কয়াগী মতিক ওৎখিবা। ইমাগী মশক ওইরবী, লক্ষ্মী চেন্নবী শান্তি! ঐগী ঙাকপিফম লৈত্রবা ইরাল অসে নঙনা অমুক্তদি ঙাকখোকো ···· ···· ···করিগী চিংনগনি ইমাগী মশক ওইরবী মাগী মফমদা ঐগী ইরাল অসি ঙাকপিরো হায়জগনি। ( তপ্না শোদুনা হৌগৎলগা, ময়ুমলোমদা খোঙথাঙ ২। ৩ থাংঙকপা। ) মেঘনাঠ! নঙনা চঙগদৌরিবদু কদায়দনো? নঙগী পাপ চেন্নবা দেহ অদুনা পূন্য মশক ওইরবা মফম অদুদা চঙদুনা মফম অদুস্থ মোংফম ওইহন-লগেরা? নঙনা চঙগদৌবা লৈরুগদৌবা মফমদি মী-ওইবা সমাজগী রাংমদনি। চৎলু, চৎখে্া, চৎলু ( খাঙবা ঙমদনা মকোক পায়দুনা ফিংনা লৈদুনা চৎকে তৌবদা য়ান্না থীনা ) (য়ৈশন্দূনা তুদুনা মরাইবক কায়দুনা ঈ থোকপা)

মেঘ—(কম্না) ও! (শান্তি ফিংনা চেপ্পোরক্তুনা, য়েংঙ্‌ুরগা, মেঘ ওইরমদুনা কপ্পুনা হোৎচন্নগা)

শান্তি—(মতম্বাক্তা মকোক থাঙ্গৎলগা) করিনো তৌবিরম্মিবা মতৌ অসিদি ইবুংঙো! ······· (ফিজিনা লাইবক্কী ঈ নপথোকপা, য়ুনম নমক্তুনা) ও! (মচীন হাইফেত্তং মেনবা, মেঘ মমিৎ পাঙথোরক্তুনা তপ্না য়েংখৎলকপা মেঘ কনানো? শান্তি নঙ (ফিংনা ফুক হৌগত্তুনা চৎকে তৌবদা তুগে তৌদুনা শান্তিনা ক্কোন্দুনা ফাবা, নাম্বোকখিদুনা)

শান্তি। নঙ ঐবু শোকনু। ঐবু শোক্তুনা মক্তবা নঙগী শেংলবা পুন্সি ইচেলদো, পাপকী নৈরবা ইচেল অমুক ওইহনলগনু।

শান্তি—( কপ্তুনা ) ইবুংঙো ! করিনো তাকপিরিবসিবু মপুরোই-ঘনা মতম খরদং থাদোকপিবদগী, পাপ লঙশল্লুরবা তোল্ল-বীবু; ইবুংঙোগী সেবা অমুক হন্না ফংহনবিদুনা, পাপ অসিদগী লাপ্থোকপিরোনে ইবুংঙো ! ( ফমথবা )

মেঘ—অচুম্বনি শান্তি ! পুন্সিসিদা কোকলরোইদোবা পাপকী মচুনা শংলবা ঐহাক্কি

শান্তি—ইবুংঙো ! পাপ পুন্যগী মরমদা, অতোপ্পা অমা ঐনা খঙজবা নৈত্তে ঐনা খঙজবদি ইবুংঙোনা ঐগী স্বর্গনি। ( চঙশিন্দুনা মখোঙ কোল্লগা ) ননাই তোল্লবীবু পুন্সি অসিমগী অমুক থাদোকপিরগনু।

মেঘ—[সুন্দ তরংদা য়েংচুনা খল্লুরগা] শান্তি। নঙনা ঐবু ঙসি মহাকপু উহনগদ্রা ?

শান্তি—( কোনবা থাদোক্তুনা ) কনাবু ওইরবনো ?

মেঘ—( মশা হাইনা লোন ফানা তপ্পা ) ঐগী পুন্সিদা ঙসি ফাওবদা উরক্লিবা নঙগী আশা কুমারবু ঙসি ঐঙোন্দা অমুক্তা উহনবা ঙমগদ্রা ?

শন্তি—( মোমোন নোকচহুনা হৌগংপা ) করিনো ওন্নতৈনবা ঙাক্তা তাকপিরিবসিবু। ইবুংঙোগী অশেংবা নরম্নি। নোংমা নিনি ঙাকশেম্নবগী ভার অদু ঐঙোন্দা পীবিবতনি ঙসিদগী হৌনা ইবুংঙোনা অমুক ঙাকশেম্বিরো ( হয়াওনা য়ুমলোমদা শান্তিনা চঙখিবা য়েংলুরগা )

মেঘ— ( মুন্না খল্লুরগা ) মহাক্লা কয়াগী মতীক রানা লেলম্মবা ?
(ফমথডুনা রাখল খনবা, রাখল অমা ওন্নখিডুনা মনাকোংদা একাগী হান্নগী ঈশৈ অদু তাবা, তরঙদা লৈবা. off তগী একানা)

একা—( off ) তামো ! এগীদি হায়জরিবসিনি । মী অডনা লাকপদা, তামো লৈত্রবদি, তামো চথোকখি, কোন্না তৌরশি হায়না হায়নবা য়াইদো । তামোস্মু ঐগীদা লেঙদনা লৈরগা মী অ৩না লাকপদা লুপা ২০০্ খক অদুবু পীথোকখিবা ঙমদ্রবদি, ঐগীদি তরাইথোকখ্রডনা তামোগী ইজ্জৎ য়াম্না মাঙগনি । য়াম্না থুনা চৎপীরো । তামোনা অমুক লাকপীবদা লুপা ২০০্ অদু পুরগা লাকপিবু । পৈশা লৈত্রবদি লাকপিখিনু লেংঙো

মেঘ—(তরঙদা) মানি, ঐনা লুপা ২০০্ পৃডুনা ঐগী একা-সিনীবু ইকায়বদগী কনগনি । মহাক্লা ঐগী পুন্সিনি, মহাক্লা ঐগী থরাইনি. ঐনা মাবু পুন্সিদা পাদোক্লোই ।
(ফিংনা তুংরোই ঙারোই হৌগত্তনা, ময়ুমলোমদা মমিৎ খানা য়েংডুনা লৈবা, শান্তিনা মচা পমডনা চংলক চংলক্লা)

শান্তি—[হারাওনা] আশা কুমার ! নঙগী পাবুঙনা নঙবু পমডুনা চুপ্পিরখিগনি, কপকনু হায়না ঐনা হায়দ্রা ? [য়েংখৎলক-পদা শাউনা লৈরম্বা উবদা কিনা] ... অঙাং..... ..

মেঘ—[লাউইহৎপা] ভুম্মিন লৈয়ু [মখুৎ তিংথোক্লুনা] লুপা চনি—

শান্তি—(ঙক্লা) লুপা, চনি—

মেঘ—হাই থেঙক্কে থুরকউ ।

শান্তি কৈদৌনবীগদৌরিবনো ?

মেঘ—নওনা ঐঙোন্দা মরম হংবা য়াবরা ? কদায়—

শান্তি—ইবুংঙো. ননাইদদি কদাইদগী পয়শা লৈরগদগে ।
ইশাদা সনা মচেৎ অময়ত্তা পকচন্রে পয়শা পুন্নমক্তি……

মেঘ—নঙগী নমাগা নপাগদা থৈদোকখ্রে নত্রা ?

শান্তি—ও !…

মেঘ—কায়রোই পুথোরকউনে ।

শান্তি—ইবুংঙো । ঐনা হৌজিক করি উপায় তৌজগনি ।
ননাই ইমা-ইচাবু য়োম্লোকপীগদৌবত্তা ঙায়রে ।

মেঘ—(শাউনা চঙশিল্লকুনা) করি (মখৌরি মেত্তুনা) নঙ
পুথোরকেরা-পুথোরকওইরা ?

শান্তি—ও ! ( স্বর থিংদুনা মঙকশম লেকথরকপা, মখুৎ
কোমথোরকুনা অঙাংস্তু ঙাগদৌবা খজিক্তা ঙায়রবা কান্দা
অঙাংগী মঙকশমদগী সনাগী লিক উদুনা. খংথা থাদোক্লগা
লিক থত্তুনা য়েংবা, অঙাং কল্লা কপ্পা, শান্তিনা স্বর
শাংনা হোম্বরকপা, মেঘনা লিক পায়রম্বা উদুনা) নত্তে,
নত্তে ইবুংঙো ! অঙাং অসিগীনি হায়দুনা অনিশু শুক-
হ্রবা লিক অদুত্তদি পুবিথিন্নু ।

মেঘ—তুম্মিন্না লৈয়ু (লাউহৎপা)

শান্তি—(মপুক্লিং মুংশিনা কপ্তুনা) ওম্লোকপা পুকচেল্লনিঙ্গা.
ইবুংঙো । হুম ওক্লবী মহাকী পোম্নবগীদমক্তা,. নচাগী
মঙকশমদা অমত্তা ওইনা শিঙ্করবা লিক অসি কাওবা

নগুনা থদত্তুনা পুগদৌরিবনিকৌ ' পুন্নমক অসি তুন্না মাওইনখিবদা, চুপ্না থাংজবতা নত্তনা কন্নম্বা মঙমদা ঐগা অকপা বা হায়জখি। অদুবু ওসি ঐগী ইমিত্তগী তান্নিবা শীরবা পি অসে, ওত্তবী অদুগী মথক্তা তাবা ওইসনু।

মেঘ—হা! হা! হা! শীনাই মুবীগী শাপ মবেম্মদা হা হা হা।

শান্তি—(চৎশন্দুনা, কপ্পুনা) অঙাং অসিনা ইবুংঙোবু তিংঙক-তিংঙক য়েংজরিবসি অমুক্তা য়েংখিবু। মাগী মাইথোংনা তাক্লি; মানা ওসি লোনথোকঅকা অঙাং অমা ওইরম্মবদি মানা কপ্পুনা হায়জরমগনি, "পাবুঙ ওসিদি চৎপিখ্রগনু"। নত্তে ইবুংঙো পীক্লিবা জীব মচা অসিগী বাখল করিমত্তা খনবীদ্রব্রা ?

মেঘ—(অঙাং তাপ লৌদুনা থাক্সংলগা) কনাগী মচা, নগুনা নত্তবা লমচৎ চত্তুনা —(শান্তি "ও"! হায়না মথুংনা মদায় থুরকয়া) কৎজরকপা অঙাং অসিবু (থাক্সংলগা খরদং থাদরকপদা কেবল চঙলকুনা অঙাং ওকপা।)

কেবল—ইবুংঙো করিনো তৌরিবা মত্তৌ অসিদি ? (শান্তিমু কেবল লাকপদা মথাই চাউথৎচবা)

মেঘ—ও! মঙ অঙাং অসিগী মপাক্না ? লৌজহৌবা য়াগনি ! (লিক হুনগত্তুনা শান্নবা)

কেবল—(শাউনা) মেঘনাঠ ! (শান্তিদা অঙাং পীবা) মেঘনাঠ (কপ্পুনা) নঙনা ওসি নিশা অমদি ব্যাশাগী জীন্নাংদা তাউখিদুনা, সংসার অসি মথক-মথা ওমনা উন্নকোই।

মেঘ—No More (নো-মোর) (চৎকে তৌবা)

কেবল ইবুংঙো। মেঘনাঠ। ঙাইখো!

মেঘ—(লেপ্তুনা) ঐগোন্দগী কন্নি পাম্মী, কন্নি ৱাংলি।

কেবল—মেঘনাঠ! নঙনা ঐ ফাওবগী শক খঙখিদ্রবদা, ঙসি ঐগী থম্মোয়গী ইশানা নিন্দা তৌদবা ঙমদেনেহৈ মেঘনাঠ! নঙবু পোক্লম্মা পাবুঙনা সংসার অসিদগী বিদায় লৌরম-দাইগী মতমদা, নহাক অসিবু ইচা শক্লা নাওঃকানবীরকউ হায়না শিন্নরম্বা নত্রা? (স্বর্গদা মথুং তিংথোক্লুনা য়েংলগা) ইতাও! নচাগী পুন্সিবু অচুম্বা লম্বীদা লমজিংবা ঙমদ্রে, হায়দুনা, অহলগী মতম ওইরবা পঙলবা নতাও ঐবু ৱারৌবিগন্নুকো ইতাও। (লিক কুরিংখাউদা হাপচন্দুনা)

মেঘ—ও। Meaningless (মিনিঙলেস) (চৎকে তৌবা)

কেবল—(থম্তুনা) মেঘনাঠ। ঙসি নপা ঐহাক্কি অহলগী মতম ওইদুনা ৱাথল চোইখিবদগী নঙবু থিংবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু ঐঙোন্দা লৈদ্রে। কন্নিগুম্বা লৈরম্মবনু, নঙনা চৎনীংবা লম্বী চৎপদা ঐনা থিংলমগদৌবা নত্তে। চহি অসিমগী মন্নুংদা নঙনা চৎলকইবা শাজ্বং-লমচৎ ঐ লোইনা খঙই। কঙবা চিঙ্গাক, ঙক্কবা লমচৎ চত্তুনা, গর্ভমেণ্টকী থবক্তা থঙইদবগা dis-charge [দিস-চার্জ্জ] তৌরক-পদা নঙনা, নঙোন্দগী পাথয়কপনা মচৌঙ্গাক ওইরম্বা কয়া ফাওবনা, নঙবু চঙজংকম পীদ্রে হায়বসিনু ইপা খঙই। অদুবু M. A. L, L. B. অমনা কৈঙ লৈত্রবী নুপীমচা

অমগী সেবাদা অস্থক থরাই য়াওনা তৌখিগনি হায়বসিদি ঐনা মও ফাওদস্ত্র মঙ্গলমদে।

মেঘ—অদুরা—ALL RIGHT ( ওল্ রাইট ) ( চৎকে তৌবা)

কেবল—( খামদুনা ) চৎলু মেঘনাঠ। অদুবু ঐগী অরোইবা রা অসিমতংদি তাখো। ঐনা মসি “তোন্দা advice ( এড-ভাইস ) পীবা নত্তে, কাউথ্রবা হায়না নীংশিংবনি। Habit is second nature ( হেবিট ইজ সেকেণ্ড নেচর ) হৈনখিবা লমচৎ হায়বসি. হোংদোক-হোংজিন য়াত্রবা মহৌশা লাইরেম্বীগী অনিশুবা খুৎশেমনি। অদুগা মেঘনাঠ কাউগনু, Drunker is the sinkingship. ) ( ড্রন-কর ইজ ড সিংকিংশিপ ) য়ু থক্লবা মীদি সমক্রুদা লুপ-পবা জহাজনি। হায়বদি অমমমনা পৃথীবু দ্বিগবিজয় তৌবা ওস্বা জাহাজ কয়া ওসি সমক্রুদা লুপ্পুনা মাওখ্রে। অদুবু মমল য়াম্বা পোৎনি হায়দুনা ওসি কনাবা চিংখৎ-লুবগে। অদুবু ওসি চাওথৎলবা বৈজ্ঞানিকী কাওবুনা, বৈজ্ঞানগী পাম্বৈনা, চিংখৎপা ওমল্লবসু, জহাজ অদুবু চিংখৎ লুরে হায়রগা, মতম অমদা অস্থুরা লুপখিবা জাহাজনি হায়না ময়ামবু য়েংহন্নবা অঙকপা পোৎশক অমা ওইনা থম্বা নত্তনা, জহাজ অদুনা অনুক চেল্লকুনা ১পু অদুগী কান্নবা করিমত্তা তৌগদবা লৈত্রে। অদুনা য়ুদা হৈনদ্রবা মীদি সমক্রুদা লুপ-পবা জাহাজগুম্বনি হায়বসি. নত্তনা থক কাউরোইদোরনি।

মেঘ— ( শিথনা ঙাওনা নোক্লুনা ) **Totally Brute** ( টোটেল্লি ব্রুট )

কেবল— ( শাউনা ) মেঘনাঠ! মসিনা অয়ানবা ওইরম্মবদি, কদায়দা চৎখে, নঙগী M. A. L. L. B. কদায়দা চৎখে, নঙগী ইজ্জৎ-সম্মান—। নঙদি মীনম্ন হয়া য়েংবিনীংদ্রবা সমক্রগী লৈশাদা তিনহুনা পত্তুনা মাঙংবা জহাজনি।

মেঘ— ( শাউনা হোৎচনলক্লুনা ) **None sense** ( নন সেন্স ) ( কেবলদা থুবাক্লা থাবা, কেবল মকোক ঙাওহুনা তুবা, শাউনা মেঘনা হাইনা চৎখিবা )

শান্তি—( হোৎচন্দুনা ) ও! পাবুঙ ( কপ্পা )

কেবল— ( তপ্পা মকোক হাইগৎলক্লুনা ) শান্তি! সুংশা থীগনু, ইপা করিম্ন ভোদে। ( শৌদুনা তপ্পা হোগৎপা )

শান্তি—পাবুঙ! মহাক্কী মরালতদি ঙাকপিয়ুকো।

কেবল—সুপীমচা! ঐনা মাবু ঙাকপিবগী মহুত্তা, ঐনা মাবু হয়া হয়া থাগৎলি।

শান্তি— ( ঙক্লা ) পাবুঙ!

কেবল—করিমতা ঙকনু। মানা ঐঙোন্দা থুবাক্লা থারম্বা নত্তে মতোমতবু-মতোমতনা থাজবনি। মহাক্কী ঙসিগী থুবাক অসি অচম্বা থুবাক নত্তে, মাঙম্বা মহাক্কী বাথলমু অমুক হয়া পুরক্লবা, ইহান হানবা পারানি।

শান্তি—পাবুঙ।

কেবল—অচুম্বনি শান্তি।

শান্তি—( হেন্না কপ্পুনা ) হায়বিয়ু পাবুঙ। নচাগী পুন্সি অসি অসুম্মক লোম্বা তাখ্রা ?

কেবল—হুম ! শান্তি ! খাঙবতা কল্লু। লান্দবনা লেঙদবা জয়নি। মীওইবগী মপোক্তা পোক্লবা করিস্ত লৈত্রবা নখোয় ঐখোয়দি হায়রুগনু। জগৎকী মবেম্মা শ্রীমতি রাধিকাগী মকমদস্থ দশমী দশা তাখি অদুবু লান্দবগী মকমদা লোৎপা ঙম্মক্তুনা সৃষ্টিকর্ত্তা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা প্রভাস খণ্ডদা, রাধিকাগী মকমদা নোল্লক্লা চঙজখি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম মাস্থ নঙগী মফমদা চঙজরখিনি। কাউগনু ( চৎনা চৎনা ) দেহি পদ পল্লব মুদারম্ ( হায়না হায়না চঙখিবা, শান্তি তরঙদা য়েংদুনা লৈহৌবা )

## ২ শুবা অঙ্ক
## ৪ শুবা উৎপা
## একাগী দলান

( হায়গী Decoration নি, বাকল ১ দা মেঘ য়ু চাওদুনা তুম্নি। লিক্লি অমসু কোম্নি একানা শাউনা মনাক্তা লেপ্লদুনা )

একা—করিনো তৌবিরিবসিবু ? লৈকাই মমাঙ অসিদা ঐবু

য়োনবিরিত্রাও। সে হৌগৎলো ( সেগা পায়দুনা চিংখৎপা, ঙমদদুনা প্রাদাক থাদবা ),

মেঘ—বা ! again ( এগেইন )

একা—ঐনা আশাইনা অসি থোকনি য়াম্না থকনু য়াম্না থকনু হায়ত্রাও ? হৌগৎপা ঙমদনা ঙাওদুনা তুর ফাওবদা, লিক্লি অসি হৌজিক ফাওবা থাদোক্লিনে। কদায়দগীনো ইকাই খঙদবা ঙাক্কা সঙ্গ তৌরদুনা সত্য ( মখোঙ থীন্দুনা ) ঐদি শিঞ্জনীংঙেদো।

মেঘ—( মথুং হাইদুনা ) No, No. একাশিনী ! ঐগী থম্মোয়গী পৌরোন ওইরিবী, নঙ শিখ্‌বদি ঐগী থম্মোয়বু কনানা শঙবিগনি। নঙ শিগনু চিনা মথৈ তুয়া শিশনুকো।

একা—ও! ( থৈরপ্না ) তৌরিবা অসিবু তামো য়নবিরনা উরে হায়রগা, চীম্থিবী তাবা তারেনে।

মেঘ—উনীংঙগা উজসনু, তানীংলগা তাজসনু ( লিক্লি থাঙ্গদুনা ) কো Lady Bottle (লেডি বোটল) ( ঈশৈ ওইনা হংবা ) "নঙগী প্রেমগী ঈপাক্তা ইরোইদুনা শায়গে, মপোক মপোক থূদিংদা।" নত্রদো একাশিণী ?

একা—য়েংঙোই. ঐ ঙসি য়া অমা হায়গে. হৌজিক ফাওবদা নহাক অসে ইকায় খুম্নবা য়ারিবা মীশক অমরা হায়না মীপূম থূদিংমক্লা তুকচরবা ফাওবদা, ঐহাক্না নঙবু চঙজফম পীবরি। অদুবু নঙগী মওং-নতৌ অসিদি মবুংঙো অমা অসিগী মমাঙদা ঐ য়াম্না চোপকদোরি। অদুনা নঙনা

অদুন্না ভাওশমবা যাবা। তুবা যাবা, নঙনা সুংঙাইদোবা মকম অমা থিরুরো। হয়েংদগী ঐখোয়গী অসিদা চঙঙকপা য়ারয়োইকো।

মেঘ—শাউরেদো (লিক্লিদা নান্দুনা) শাউনু, শাউনু অদুগী শরুকপুদি, ঐগী খোঙবু য়োহ্লিং থাংবা ঙম্বা, থম্মোয়বু জেলদা থম্বা ঙম্বা নঙগী থুম্না হাউরবা ঈশৈ অদু শক্লুনা মালংদা পাইরিবা ঐগী থরায় অসে ফাজিন্দুনা, পৌরোন লোনশিল্লগা অমুক্তা থমউ। ঐ য়াম্না য়াবে।

একা—(পৈদ্না) হুম! তূককৈদা মী অসিনা ইকায়বা খঙদ্রবদি হিদাক লৈতবা অাং ওইরে। (পৈদ্না ইমুঙদা চঙখিবা)।

মেঘ—এক—একাশিণী! (নোক্লুনা) শাউবা হায়বদুবু, ঈশ্বরনা নঙগী নফমদা থুংঙকপরনে, ঐনা নঙগী নফমদগী খঙবদি, মুরবা শমলাং-লক্লগী, তবাবা চীম্বান্দা খোইরুম তৌদুনা, চেপলপ ভোবা মায়খোংনা মুনা য়েংবা মিৎয়েংদো (ঈশৈ ওইনা) "ঐগী থম্মোয়দা য়েকথরে" (খরদং হৌগৎলক্লুনা থুং-নাম্মা শোৗরগা, মখোঙ তিংখোক্লুনা, লিক্লিদা য়েংলগা) হেল্লো, লেডি বোটল! নঙদি শাউবা হৈত্রা? হুম-নঙ শাউদুনা ঐগী নাক্লগী চৎনীংং-মান্নে (লিক্লি থাংগত্নুনা থকপা) উম! অদুন্না ঐগী গর্ভস্থংদা লৈয়ুকো। চেম্থো-রক্লুকো। (মথুং-নামনা খোঙঙ্প লৌখোক্লুনা, মথুং নামনা লিক্লি কোন্দুনা, খোঙঙ্প্তা মোন থাঙদুনা হিপথবা) বস! শান্তি। (তুমথখিবা ঙাহাক লৈরগা শান্তিনা মচা

অমাবা পমচুনা চঙলকপদা, ওইরম্মিবা ফিভম অদু উবদা কপ্তুনা মনাক্তা চঙশল্লুনা ফমলগা )

শান্তি—করিনো তৌবিরম্নিবা মতৌ অসিদি ... ... লোইরেদকো ইবুংঙো। ( মথবাক্তা ঙাথবা, ভপ্না মকোক হাইগৎলক্লুনা লিক্লি শত্তোক্লুনা মুম্না য়েংলগা শাউনা নাকল অমদা লাক্লুনা লংথোকখিবা, মকোক্তগী খোঙঙুপ ভপ্না শত্তোক্লুনা মখোঙদা উপশম্নবা লান্নবদা মীকপতি থোক্লগা মমিত্তি পাঙদনা )

মেঘ—( কনলপ্না ) কনানো ?

শান্তি—( কিনা খরদং হন্দোক্লুনা ) ইবুংঙো। ননাই ঐনি। অদুবু তৌবিরিবা মতৌ অসিবু ... ... ... ?

মেঘ—ও। ঐগীদমক্তা মতম পূম্নমক্তা রাজরবী একাশিনী। নঙ ঐগীদমক্তা করিগী চিংনরি। ঐ য়াম্না নুংঙাইরি। নঙ পোথাজরুরো চৎলো !

শান্তি—ও ! ( অয়াবা থাঙনা মনাক্তা চঙশনলক্লুনা ) ইবুংঙো ( মশা পায়চুনা ) তাখিরিব্রা ? ইবুংঙো ( এক্তা থোরক্লুনা নুংশিদনা য়েংজমগা পৈদুনা অমুক চঙখিবা ) ঐগী পুন্সিদা অমুক্তা লাক্লিবা মকম অসিদা লাক্লুনা ইবুংঙোগী নীংবা থুগাইরৈ হায়দুনা ননাইবু রারৌখিগনু। ঐগী উপায় লৈখিদবা, য়াদবা মতাং থোকপদগী ঐনা ঙসি মকম অসিদা লাকচবনি। তাখিরিব্রা ? কৈদোবগে ঐনা কৌজরিবসি, অমুক্তদি থুদ্বিরকউবা ইবুংঙো ! ( নুথুমলোমদা

লাক্লুনা কমথরগা, অভাং য়ুংথস্তুনা, মফৈদা মোন থাঙ-
হনলগা, ফিজিনা মমাই মমিং তৈ:থাকপা, মুন্না য়েংলুরগা
(হেন্না কপ্তুনা) ইবুংঙো নঙগী ফিভমনা ঙসি অ'স
য়োঞ্জবনিকো। (মকোক্লা কোনবা)

মেঘ—কনানো ঐগী শান্তি থুগাইরিবা?

শান্তি—ইবুংঙো নমাই ঐনি।

মেঘ—(মমিং পাঙথোক্লুনা) কনা! (ফুক হৌগত্তুনা ফম্বা,
শান্তিস্থ হৌগত্তুনা নাকল অমদা লেপ্পা) নঙ ঐগী শান্তিবু
থুগাইবী! অশান্তি, নঙ মফম অসিদা - হায়ৱু নঙ কর্রি
পান্মি?

শান্তি—ইবুংঙো! অঙাং অ'স ঙরাংদগী উতুপ তাবগুম তান্নু।
ঊশিং কাওবা লেকউ য়াখিদ্রে। মাইবা, ডাক্তর থুদিংমকী
মফমদা চৎচরুবস্থ অথিবা রাহৈ পুত্রুনা হঞ্জরকপা নস্তনা
ইচাবু কনা অমস্তনা লায়য়েংবীয়ু য়াখিদ্রে।

মেঘ—ও! নঙমী নচা নারবা? কনা অমস্তনা লায়য়েংবীদ্রবা।
অদুদি হায়কম থোক্পা নঙগী নমা নপাদা হায়রুচো।

শান্তি—অদুস্থ ইবুংঙোগী লমচৎ পাওথংনত্রুনা পূন্নমক ঐনা
থোকহল্লিবনি হায়বা ইরাল পীবিত্রুনা, মথোয়নস্থ ঐহাকী
চঙজকম পীখিদ্রে।

মেঘ--ফরেনে, কনামস্তনা য়াদ্রবনিনা, অনাবা মা নাঙবা ত'রেঙনা।

শান্তি—ইবুংঙো! অদুগুম্বা থম্মোয় কায়রবা রাহৈ অদুনা
ননাইবু অমুক লংমবিরগনুমা।

মেঘ—(শাউনা) তুম্মিন লৈয়ু। চৎলু, চৎখো চৎলু।

শান্তি—(ফমথরুনা) নত্তে, নত্তে, ইবুংঙো। নহাক নত্তনা, সংসার অসিদা ঐগী চঙজফম কনা লৈরি। করিম্ থঙজপ্রবা মরাল লৈজপ্রবা অঙাং অসিগী মথল্লাইতদি কনবিয়ুনে ইবুংঙো!

মেঘ—অঙাং হা-হা হা! Get out (গেট আউট)।

শান্তি—ইবুংঙো ভৌবিগন্নু। পুন্সিসিমগী ভোল্লিবী ঐহাকপু চঙজফম পীবিদ্রবস্তু, অরা-মুংগাই অনিমক্তা নতুং ইপ্পরুনা, থুদোং থীবা কয়াদা নমাও থানা চোংশন্দুনা, মায়য়োল্লর-গদোরিবা নঙগী তুংগী অাশা অসিবু, লমথাংদা মাঙহনবিরগেরা?

মেঘ—নঙ চৎলরোইদ্রা? ঐনা নঙগী মচাবু কহনবা ঙমগদ্রা? ঐনা কৌ হায়রগা ফগদ্রা? "করো-করো" চৎলো নচা করবনি।

শান্তি—আঃ ওস্তোকপা রাখলনিদকো ইবুংঙো! কৈদৌবগে? অমুক্তদি মুম্না থস্থবিয়ুবা।

মেঘ—আ-ঈংনা চিল্লা মাগী রাখলতদা পোথাজরবা ঐবু, শারবা মৈশা লাংহল্লিবী! নঙ কনানো—ঐবু অমুক ওৎলগন্নু। চৎলু, চৎখো চৎলো।

শান্তি—কদাইদা চৎচগনি। মপানা চুপ্পি-নানবিদুনা, মচানা মপা ওইবচুগী কংফম থোকপা প্রেম অদু; পোকপদগী কংজ-রক্তবা ইচা ওইরবস্তু, মরাইবক থীরবা ইচাগী পুন্সিগী

অয়োইবা য়াহিপকমদি মপা মমা অনিগী মতমবাক্তা ওই-
গদৌবনি। ইমাগী ইবুংঙো লাইবক থীবা! মফম অসে,
মীপুম খুদিংমক্তীদমক্তা নোয়োক ওইরবসু নহাক্তীদমক্তদি
স্বর্গনি।

মেঘ—(শাউনা) করি নোয়োক (তোংদবা খোঙচুপ নামনা থাবা,
শান্তিদা পালহৌদনা, ইমুঙদগী থোরকইবা, একাদা পান্দুনা)

একা—ও! (হোৎচল্লকুনা মেঘগী মখজাইদা খুবাক্তা থাবা,
শান্তিনা খামগে তৌবদা নংহৌদবা) হাই, হুরাঙ্বা, য়ু থকপা
নঙনা ঐঙোন্দা খোঙচুপ্না থাবা য়াত্রা? (শান্তি লুক-
খদুনা খাঙবা)

মেঘ—(মখাজাই নান্দুনা) বাহ! একাশিণী! নহাক্তী নখুৎ
অসি ওন্থোক্তা মোনশ্রেদকো। করম্বা লাইনা শেম্মকপা
ওইরিগবা?

একা—ইকায়বা হায়বদু খজিক্তং ফাওবা পক্তেদা। চুম্মি, জুৎ-
চাদবা মুপীনা খুৎলিংবা ইমুঙদগী থোরকপা নিপানদি কদাই-
দগী ইকায়বা খঙগনি।

(ফৎ লৈশন্দুনা চঙগে তৌবা, শান্তিনা)

শান্তি—একাশিণী!

একা—হুম! (লৈদুনা চঙখিবা)

শান্তি—(পুক্রিং য়ারোনা) নঙগী লৈজবা খুদিংমক কখোক্তুনা,
মনতিক্লদুনা লৈরবা, নঙগী মুংশি খুদোলদি, নঙনা হৌজিক
কংলিবা অদুরা? .... .... হুম! নহাক্ত অসি নিপা

অমনিকো। নঙনা অপাম্বা থবক্তা ঐনা কৈদৌঙৈ থিংখি ; নঙগী লৈজবা পুম্নমক্তা নত্তনা নপুন্সি অদু কাওবগা শিন্নদুনা, নুপীগী থম্মোয় চেন্বী. মীগী তৌবিমল খঙবী, কনাগুম্বী অমগী মফমদগী অশেংবা মুংশিবা হায়বদো. করিনো হায়না ভমমুনা। মৈবু শাই, চাকই হায়বা খঙনা খঙন', লনজাও খোম্না চারবী. মৈরিগী মশক ওইরবী মাগী মফনদা হঙ্গন হঙ্গন চোংশন্নবদগী, হৌজিক্তি পুম্নমক চাকথেক্লুনা উৎকী মপৈ ওইনা ভুম্মেদো। নঙতা চাকচবা নত্তনা মৈরি অদুনা ব্রায়রক্লুনা নতুংনচা বাড়ি সবন্ধ খুদিংমকস্ত চারক্লে। কুইররোই নহাক্কী ননীং মপুং ফানা থুংলগনি।

মেঘ—(শাউনা খজিক ২ হোগৎলক্লুনা) মানি, ঐবু ওৎপ্না, ঐগী আশা থুগাইবা. নঙতবু হাৎলগা ঐগী নীংবা থুংগদৌবমি (খরা ২ চঙশল্লকপদা মশা হাইবনা হেনমনখিজুনা তুবা)

শাম্তি—(হোৎচন্দুনা) ইবুংঙো ·· ···অস্থুম্না হিংগদৌবগী শরুক শিখ্রোবা ··· ।

মেঘ—উম। শিরগে, ঈশৈ অমত্তা শকউ। (মুম্না য়েংদুনা লৈবা' নঙ শকঅরোইদ্রা···,খুমদবা) নঙ শকঅরোইদ্রা? (লূতুংগী শম পায়রগা)

**শান্তিগী ঈশৈ**

হো থৌজানবীয়ু হো চানবীয়ু
ভাইবঙ খোঙচৎ লোম্নবস্থ

থাদোকচরোই তোল্লবীনা
মুংশি খুৎশগ্নদুনা
লানমিন্নসি বৈত্তারনী ॥

মেঘ—ইচা। হা-হা-হা (লৈথোক্কুনা তুমখিবা)।

শান্তি—ইমাগী ইবুংঙো! (মচাবু চেক্কেৎ কোনশগ্ন', একা থোরক্কুনা)

একা—হুম! মশানা জ্ঞান তাবী মুপী অমা ওইরবোই নীংদুনা, অসুম য়েংগে হায়দুনা য়েংববু, য়ু-ঙাওবা মকম-মরাং খঙদবা অমা পুশল্লক্লগা, কেনবীরগ্নিবসিবু, ইমুং অসিবু অহল লম্মন পান্দবা, নত্তবা শাজৎ চৎপা য়াবা মকল্লি হায়না খনত্রা?

শান্তি—একাশিনী! চুপ্মি; মাদু য়ুম্মু অমগী হায়দবা য়াত্রবা, তঙাই ফত্রবা য়াহৈনি। অদুবু একাশিনী! নঙ মীদি মীনিকো?

একা—করিনোমে? মীগী ময়ুমদা, মখোয় জাৎ নাইদবগী লমচৎ অদু চৎকে য়াদ্রগা আইন অমুক তৌখৎলকই-বসিবু? ইবেম্মা নখোয়না ননিং নখা তৌবা য়ারুগদবা মকম অমদা নঙগী মুপা য়ুঙাওবসে পুদুনা চৎপিখ্রো। নত্রবদিনে লৈকাই তানবা লাউরক্কুনা কয়া খুদোং চাগ্নোই।

শান্তি—নঙগী য়াহৈ খুদিং থাগৎনীংঙাইনিদা একাশিনী! লৈহি চেত্রবা, লৈরাংগী লৈথোক লোয়দুনা মালেমথক্তা কেল্লবা শিঙেল লৈরাংদি, থোঙ্গাওনবা নত্তনা কনানসু খুনগত্তুনা চিননীংঙরোই।

একা- করিনোনে, কিজয়েদকো সত্য! নত্তে নওনা খনজবা শারিববু ঐ অসিবু অহিং মুংথিগ খওদনা মুপা নহানা চৎপদা. কোইতান তান্নবা কোয়থি থিবা নওগুখা মীশক ওইরবোই খল্লুরব্রাও?

শান্তি—(নোক্লুনা) নমাই নমিৎ মচু শংদুনা (তাপ্পাসিদা রন-বির চওলকপদা. শান্তি উবদা গুক্লা উহন্দনা তুং ওইরপ লেপ্পা) য়ু'বু দুতি ওইহনলগা, মুপা খুদিংমকপু মনত্তিক নদুনা নহাক্কী নয়ুমদা রিজার্ভ ওইনা থমলবা নহাক্লা কনাবু অমুক থিরুখিনি।

একা—(শাউনা) শান্তি (হোৎচনলক্লুনা খুবাক্লা থাবা)

শান্তি—…একাশিনী (ওয়া ওয়া মখজ্ঞাই অনিদা খুবাক্লা থাবা, একা মকোক ঙাওদুনা ক্ষমথবা, হোগলক্লুনা শান্তিদা হোৎচনলকপা)

রন—ঙাইখো একা! (রন চওলক্লগা মথুং থক্লুনা খাম্বা)

একা—তামো (অমুকস্থ হোৎচনগে তৌবা)

রন—(খামদুনা) ঐ খওদে, ইবেম্মা শান্তি।

শান্তি—তামো!

রন—ঐখোয়গী বাবু অসি ঐনা হায়জবদা য়াবিদদুনা ওসিগী ক্ষিভম অসি য়োঁখিবনি। ঐখোয়বু তাকপি তম্বীবা ওম্বা মীশকনিনা বা কয়া ঙাওজবস্থ ওমদে। ওসিদি ইবেম্মা নশানা লাক্লুনা মক্ষম অসিদা থিররবনিনা বাবুস্থ মক্ষম অসিদা মতুংদদি পওচক চওওকলরোইদ্রা হায়না খল্লে।

একা—মতুং অসিদবু অমুক চণ্ডঙকঅবদি, লৈকাই মমাঙদা খুঙ্গোইনরোইদ্রাদো ?

শান্তি—অদু একাশিনী। ঙসি লৈমায়থক্তা কেন্দুনা তারিবা লৈরাং অসে, লৈরাংগী লৈহি চেন্দদুনা লৈখোক লোয়দুনা কেম্বা নত্তেদো, মালং ইথিলনা কেনখনি। লৈহি চেল্লিবা লৈরাং অসিবু মপুং ফানা চুপথোকহৌদনা, অরেম্বদা হুন্দোকখরেদা হায়দুনা, হয়েং করিগুম্বা মতম অ'দা নীংঙমমক্তবদি তৌররোইদ্রা ?

রন—শান্তি ! ( একা শাউবনা খাঙফম খঙদনা লৈবা )।

শান্তি—অচুম্বনি তামো ! মাগী পূন্নমক মাঙখ.বা অসিগী মথক্তা লুপা কি.শিং কয়া শিংখিগদৌবা মাগী ময়ুম ইখোল লৈরি। অসিবু তশেংনমক সুংশিদুনা খাকপিবদা তারব্রা ?

একা— করি চীন্থীবী ( হোৎচম্বা )

রন—( খামদুনা ) একাশিনী ( লাউহংপা, একা শাউনা ইমুঙদা চঙখিবা ) শান্তি ! ঐ বাবুবু য়ুম য়ৌন-নবা থিনজগে। থোকপিরো টেক্সি অমতা ফাখিরম্মু। ঐ বাবু পুথোক্নবা হোৎনজরগে। ( শান্তিমা মেঘদা মুন্না য়েংদুনা লৈবা ) ইবেম্মা করিমতা চিংনগনু। ইবেম্মনা অসিদা অসুম লৈবা অসে কয়া ফজদে। ( শান্তি মুন্না থন্নগা, মেঘদা চিংনা য়েংলন্নগা থোকখিবা, রন ৱাথন্দা য়েংদুনা লৈহৌবা )

---

## ২বা অঙ্ক

## ৫শুবা ভুংশী

## লৈশ্বী অয়ুক। (স্পীচ)

( মৈ ৱান্ত্রিৱৈদা off তগী speech থরা )

off—মেঘনাঠ। তায়ওল্লবা তাইবঙগী কমুওথক্কী কয়া কুইনা তৃমথিগদৌরি। নরল নখুম তুম্মে; নয়ুম নকে তাকএ, ওক্ত্রিত্রা মেঘনাঠ! য়াওলো, তাইবঙ মীকপলোগবা কৈদৌষগে? অম্নুম অম্নুম তৌদুনা মতমগী ঈচেন্দি অতৎপা লৈতনা চেন্থরক্লি। অদুবু মেঘনাঠতি মীকপথিদ্রে। চেনশিনখে অতৎপা লৈতবা মতমগী ঈচেলনা চহি ৫ গী পন্থুংকমদা।

off তগী থবর—(মনুঙদগী) থবর-থবর। অঙকপা, নুংঙাইবা তুঙ্গুংবা, তুকচবা পাউনা থল্লবা থবর (থোরক্কুনা) (খবরদা য়েংদুনা) মাদ্রাজ মেডিকেল কলেজগী এম. বি, বি. এস. পরিক্ষাদা, শ্রীথুরাইজম মনিহার সিংহনা ফার্স্ট ক্লাস-ফার্স্ট ওইরে। মাদ্রাজ মেডিকেল কলেজদা ফার্স্ট-ক্লাস-ফার্স্ট ওইবা অসি মনিপুরগী রেকর্ডতা মানা ইহান হানবনি। লৈখিল্ল পাথিয় মমল নয়া পৈশা ৭ উনি। লুপা ৩০,০০০ দিপোজিট ৭ টি; এসি, গী হেডক্লাক শ্রীকুঞ্জেশম রনবীরনা অফিসকী লুপা ৩০,০০০ অসি লৌথোকুনা মাওল্লম্মে; মশা হৌজিক ফাওবা ফাবা কংগ্রি; অসিগুবা থবক

অসি, অফিস থুদিংমক্তা তত্তনা থোকই। প্রজাগী অমাওবনি। মথক্কী অথরিটিনা চেকশিনবিয়ু। প্রজা অমা। (হেডিং গ্লেংলগা) ইয়াই সুমিত্রা M. S. T. মপাদা হরা-গাড়ীনা তকপা অঙাং অমু ডাক্তর য়োরগা অতুম শিরে। অঙাং অসিগী মমিং আশা কুমার কৌই। চহি ৬।৭ য়োম গুরে। মহোশা ফাওরম্বা গবর্ণমেন্টকী এডভোকেট, ওইরম্বা খুরাইজম মেঘনাঠকী মচানি। এক্সিডেন্ট অসি ড্রাইভরগী দোষ নত্তে; মসাগী দোষনি হায়না অউবা কাওবুনা হায়রি। মমা অসি অঙাওবীরা হায়না থানাগী অসুদসু য়াম্না চিংনখি। লৈখিদ্রিবা অঙাং অসি মমানা মখুৎ শমদুনা লাকপনি। অদুবু হরা গাড়ী অনি থৈন-বগী মরক্তা হোরোল খোংনা খোংনা হোৎচল্লকপনি। গাড়ীসু য়াম্না তপ্রা থৌই হায়রি। মরাইবক লৈবদগী মমা অসি হিংহৌবনি হায়রি। মমা অসি মমিৎ উইশল্দুনা মকোক পায়দুনভা চৎলি হায়রি। অসিগুম্বা এক্সিডেন্ট অসি ২।৩ লক থোকে-থোকে তৌবদগী মরাইরক ফদুনা খোক্তবনি। অদুনা লমজাও শোরোক্তা হরা-গাড়ী মরক্তা অয়ুম্বা চৎপা অসিনদি "আঙাওবীনি হায়না লৈবাক প্রজান্না ভাওনখি। খবর-খবর লাদাক্তা উন্না ননদুনা চিনাগী সিরাই ৫০০ শিরে; ১৫০ অমা খিবা ফংগ্রি। (হেডিং পাম্বা) পুং ২৪ লোক অপ। খুরাইজম মেঘনাঠ সাং মোইরাংখোমদা লৈরা অসি য়ু ভাওবা কল্লিবা ফাওবা

পুং ২৪ লোক অপত্না থমখি। একানা ম্যাও থাঙ্গনা সিভিলিয়ান, ড্রেস ( সুটক্স ) গুনসিং S. I. তান্নরপ তৌনা চঙলক্কুনা )

S. I.—তাবিরিব্রা Sister !

একা—( লেপ্তুনা ) ও ! থানাগী বাবুনিনা করি হায়বিনীংবা ?

S. I.—ঐনা হায়জদৌরিবসে, শেন্নাম্নবা বাখলদা পুবিগন্নুকো।

একা—ইন্সপেক্টর সাহেব ! হায়বিয় কৈদৌবগে ?

S. I.—হায়জনীংবদি কুইজরকমবনি। অদুদা ঐখোয়নদি মীওম-জদবসিদা—

একা—সত্য ! ওস্থোন্না কোইনা থনবিরুরেদকো হেক্কা শম-জিনবিরকও !

S. I.—এঃ বাদি করিসু লৈতবা বানিদা। আ ঐখোয়সু অঙম্বা থবক থরদং তৌজগে। সুমিদাং অমতংদি ঊশে তাজর-গেদনা ?

একা—( শাউনা ) করি হায়বা গুনসিংহ। নখোয়গুম্বা থানাগী S. I. মচা মগুগী জাৎ অসিদি, ঐগী খুড়ায়গী তুগুম্বনি। মতুংদা অসিগুম্বা বা অদু অনিরকগুনা তাহনলবদি, অসি-দগী হেন্না য়াম্না ফীনা চোম্না ফংগনি ''খঙব্রা'? ( কেৎ তৌদুনা চৎখিবা, S. I. লোক্কুনা 'য়েংহৌবা )

S. I.—ইকায়দা একাশিনী। ঐখোয়বদি মানা পয়না মরি হেজ্জিনবা য়ারোই খঙদুনা, অকবা শাদুনা, ফজবা মওংদা ঐবু ইকায়বা পীবয়গা চৎখে। অদুবু একাশিনী। নহাল-মখৈদি মতম অমদা সেক্রেটরী সাহেবনা মতম থরদা

ওইরবস্ন লৌরম্বনি হায়রুনা নমা... ...ন। হৌজিক্তি নঙ্গী হৈ·শিংবা অদু কদাই কাওবা হৈশিংবগে হায়বদো খঙগদবা খজিক্লা ঙায়রে। ( চৎখিবা ) ( নাকল ১ দগী শান্তিনা মচা কায়নবগী মৈনে, মনিগী বাখলনৈ, ঙাওদুনা থোয়রকই; ওয়বা বাখলদগী, অচম্বা মৈতৈগী ফীজোলদা মথুম অথাবা পানবা বই অমা পায়রদুনা, মুক্তি। চঙলকপদা থেংন-বা )

মুক্তি— ইনমবেম্মা ( হেন্দোক্তুনা চংপা ) ইনবেম্মা !

শান্তি— ( তপ্না লৈশনলক্তুনা ) কনানো ?

মুক্তি— ইনবেম্মা ঐহাক্নি।

শান্তি—ও ! মুক্তি ! নহাক···· মুংঙাইরিদনা ?

মুক্তি— ইনমবেম্মা। ঐনা ঙসি মুংঙাইবা হায়বা অদু ওইরম্মবদি ইনমবেমম্ন ৱারম্মোই।

শান্তি—মুক্তি ৱাক্লগনু। মাগা মরুপ শারুরবদি থাদোকপা য়াদবনি। মাগী ঙমখৈ লৈতবনি, পম্থুংকম নাইদবনি।

মুক্তি— নত্তে. হৌজিকপু ইনমবেম্মা. কদাইদনো ?

শান্তি—ঐনা চৎলিবসে কদাইদনো ঐ খঙদে ; ( কপ্তুনা )··· মুক্তি ! ঐহাক চৎলিমনিরৱহে।

মুক্তি— ( ৱাখল ১ দগী ) ইনবেম্মা ! হৌখ্রবা অদুগী দমক্তা থোইদোকপা খনবিরুরমু। অশিবা হায়বা অসি শীওইবা থুদিংমক্লা লম্মন তোল্লবনি।

শাস্তি মুক্তি। ঐহাক্তি মাগীদমক্তা থল্লুদ্রে; (কপ্তুনা) অচুম্বনি মুক্তি! লাইরবী মমা ঐগী মচা ওইদ্রুনা তুম্বা মচেৎ, চাবা মচেৎ ওইনা হিংদ্রুনা লৈগদৌবগী শরুকপুদি শিজ- খিবনা মাগী আত্মা শান্তি ফংজরবনি। ঐসু অসিগুম্বা সংসারগী অরাবা ঈপাক অসি লানগদৌবনি।

মুক্তি— ইনমবেম্মা!

শান্তি অদুবু, মাগী মনিং থুংহনলমদ্রবদি ঐগী পুন্সিদা অচৌবা লমন অমা তোম্বা তারে হায়দ্রুনা মহাক্কী লমনদদি শিংলখিগে হায়না ঐনা খাওবতনি। অদুবু মুক্তি! শিংবা ঙমলোই- দৌরমাল্লে।

মুক্তি -ইনমবেম্মা নত্তবা রাখল থনবিগনু। ঐহাকসু ইনমবেম্মগী নাক্তা মুমিংচুপ্পা লাক্কুনা লৈজগদৌবদা, নহাল আশা কুমারগী অশোকপা মশা অদু উরুবদগী পাখৎখিদুনা পাবুঙ অদু ঙসি ফাওবা মাইবা থাবা য়াদ্রি। অদুগা ঙাহাক কাংদনা ইনমবেম্মবু ফমদৌরি হায়বা অসিতা হংদুনতা লৈশ্রবনি।

শান্তি—নহাক্না "মুংঙাইরি" হায়না খুম্মিদনা? মুক্তি ঐহাক মুংঙাইরবনিনে, ঐহাক অসি ইপুরোইবনা চঙজফম পীদ্রবী মচানসু হুন্দোকপিরমলবী কনাগীসু রাদ্রবী ঐহাক্তি অদুগা ঐগী ইনাও মনিহারগসু ঐগা পুন্সি অসিমগী উম্নররোইকো মুক্তি! (মকোক্তা মথুৎ অনিমক পায়বা)

মুক্তি—ইনমবেম্মা। ( মথুন্না ইনভেলোপ পান্নবা উহনা লৌরগা মনুংদগী চিঠি লৌথোক্লুনা পাবা )

মনিহার— ( Off চিঠি মরোল পাবা ) ইত্তৈবেম্মা। করি মতৌ কৌবগে? টেলিগ্রাম অনিরক তৌজন্নুনা, হন্দক ঐগী খোঙ অপরেসন তৌবদা চঙখিবা লুপাগা ঐগী খোররুবগী খরচকা পূন্না লুপা ৮০০৲ থাবিরকউ হায়না কন্না হায়জখিবদি, চৈ য়াওদনা ঐগী খোঙ অনি অসিনা মী অতৈগী মতৌগুম্না, ইতৈমবেম্মা অমদি পাবুঙগী মিত্তা য়ান্না থুনা উহনজনীংঙুনা তৌবনি। অহুবু হৌজিক্কি পয়শাগীদমক্তা খোইদোক্না চিংনবিরুরম্নু। মীগী শিংঙমদবা য়াদবা পয়শাশিং অসি শিংঙমনবগীদমক্তা, গান্ধী মেমোরিয়েল হোসপিতালদা, থা ৬ কী এগ্রিমেন্ট ইনহুনা থবক তৌজরে। মীগী পয়শা অসি শিংঙম্মগা, থা ৬ কী মতুংদা ঐহাক খোকচররুনি। ঐনা লাকপদা অশাকুমারগী ফিরোল-খোঙঙ্ পনচিংবা লৈররুবা মাগী মশাগী নাপকা, মখোঙগী নাপকসু পীরকউ। অদুগা চহি ৬ থা ৩ অসিগী মনুংদা পাবুঙগী থুংকী চিঠি অমা-কাও কংজদবা অসি পুরক্লীং য়াম্না নুংশিজে।

তশেংবমক ঐবু মীয়াম্নবিরবনি। হকচাঙগী নুংঙাইতবা করিগুম্না অমতা লৈজদ্রে। মঙ্গল নিজরি। ইতি।

মনিহার সিংহ।

মুক্তি—ইনমবেম্মা। হৌজিকমক লুপা অসি থাখিদবা য়াদে। ইনমবেম্মা অমদি ভামোগগী পুনখুবা পুক্সিগী লংজিন

অসে, মহাক্না থিদ্রবদি, কনা অমত্তনা থিবা ফংলরোই। মতম খজিক্কং থীনথখ্রবদি, মাগী পুন্সিগী চঙজকম থুদিংমক মোংফম ঙাক্তা ঙাইরগনি।

শান্তি—মুক্তি! মহাকীদমক্তা হোংনবিগদৌরা মহাক্নদি, শিখিবগা চপ মাম্নথ্রবসিদা, ঐগুম্বী মুপী অমগী, করি উপাই লৈথিগনি। ঐনা হায়জ চঙজবা য়াবা মফম থুদিংমক্তা চঙজরুরে, হায়জরুরে। অদুবু মরাই চায়থরক্লবা মীবু কনানা শোগৎনীংবা য়াওবগে। ঐনা চৎখিবা চৎলুবা মায়কৈ থুদিংদা হায়জরগনি. অদুবু নিররগনি হায়দুনা মীপুম থুদিংমক্তা লৌনরে। অসিগুম্বা মায়খিবা, মুংঙাইতবা. নীংবা কায়বগী লূমলবা পোৎলুম অসি পুদুনা লাকপদা, য়াখল অসি চোইখিবদগী, ইচাগী য়াখল কাউখিদুনা, ঐগী আশা কুমার অদু লমথাংদা মথরাই মাঙখিবনিহে মুক্তি!

মুক্তি—অদুবু ইনমবেম্মা! ঐখোয়দা লাকপিদুনা পাবুঙগা ভায়বিরবা য়াত্রা?

শান্তি—অদুবু মুক্তি! "য়াই, শোয়দনা তৌবিরকনি" হায়দুনা মী অমগী মফমদা হঞ্জন-হঞ্জন হায়বা অসে, ঐগী থম্মোয় অসিনা ঙম্মক্তেনে।

মুক্তি—ও! ইনমবেম্মা! ইনমবেম্মনা খজিক্কং থম্মবিরম্মদি, পাবুঙদা হায়বদা করিমত্তা হঙোইবিরমমোইদৌবনি। খোকইবা খোদোক থুদিংমক অসিমু খোকঅম্মোই! ইনমবেম্মা! মুমা অমুক্তা থম্মবিয়ু, ঐগী পাবুঙদি নঙগীদি পাবুঙ নত্তব্রা?

( খুদাং পায়তুনা ) নত্তে, ইনমবেম্মা। লাকপিরো পাবুংগা তাম্নরগা পয়শা অসি হৌজিমক থাখিসি।

শান্তি—মুক্তি তোকঅসি, পুন্সিচুপ্পা মা মক্ম অদুদা লৈগে হায়রবস্থু লৈখ্রসনু।

মুক্তি—ইনমবেম্মা।

শান্তি—অচুম্বনি মুক্তি। মানা থোকলক্লগা, মাগী পাবুঙ অমদি আশা কুমারগী মরম হংলবদা ঐ করি হায়না খুমগনি।

মুক্তি—মীওইবগী লাইবক্কা তমদুনা. শিখ্রবা অমদি থোকখবা থোদোকশিং অসিবু ইনমবেম্মনা ইনশন্দুনা থোকপরা? পূম্নমক অসে বিধাতাগী নোংদমনি। ঙসি মা সুংঙাইরি, ঐনা কপলি, মানা হয়েং কপকনি, ঐনা নোক্কনি। নোংদম্বগী ইচেল্লদা কাওশীং ওইদবা মীওবা কনা লৈবগে?

শান্তি—অদুদি মুক্তি। মতম্মগী ইপাক্কা তিল্লোইদোবা মীওইবা কনাদি লৈ। অকোন-অহানতগী বাবি অদুগনে, মুক্তি! সুপী ওইবীদি মপুরোইবগী মমাঙ থানা শিরবদি মুক্তি ফংই হায়নৈ ..........?

মুক্তি—ইনমবেম্মা! নহাক্কা অদুম তৌখ্রগদি ঐগী পুন্সিগী আশা অসি .... ... .... ।

শান্তি—মুক্তি ... .... !

মুক্তি—অচুম্বনি ইনমবেম্মা। ( চিংদুনা ) পাওবুনা বাকম অসিদা করিগুম্বা মানীংদবা থোক্লমলবস্থু, ঐগী লৈজবা পোৎচৈ কায়থোক্লুনা হৌজিকমক থাখিগনি।

শান্তি—অদুবু মুক্তি ?

মুক্তি—নত্তেনে ইনমবেন্সা ! মাগী মীনং থুংননবা হোৎনবদা ঐগী শরুক্তি য়াওব্রবনে ?

শান্তি—( অঙকপা, হরাওবগা লোয়ননা )। মুক্তি ! ( মুক্তি হাইফেত্তং লুকথবা )।

---

২ শুবা অঙ্ক

৬ শুবা উপা

## একাগী দপ্রান মুমিদাং

টেবল মথাদা মেঘনা মখোঙ অনি কৌকি মথক্তা থাজত্তুনা, য়ু তাওহুনা তূমলি, টেবল মথক্তা লিক্লি অহাঙবা অমা লৈ ; হায়দগী মেঘগী কিন্তম য়াখা শোক্লে, মকোইনা পূংমূ মুখ্রে ; কুদাম পাজনা মথবাক পুমথা থাদোক্তুনা হবাই সার্ট অমা লিংলি ; খোঙগুপ তোংত্রে ! নাকল ১ দগী বেগ হাইরহুনা একা চঙলকই )

একা—( মেঘদা য়েংগুরগা, নোক্তুনা ) হু-ম পোপ্পমাক্লে ; সরকাস তৌহুনা লৈরম্মেদনা-হাই ছাম্বিব্রা ? অহুরাইদু নঙগী হিপফম অতুম ওইজরোকো (ঊৈশ ঙঙ্হুনা চঙশিবা, ঙহাক লৈরগা কারগী হোরোল খোংঙকপা, একা চেপ্পোরক্তুনা য়েংলগা ) কনা লাকেনে, ঐথোয়গী থোঙালদা টেক্সি

থারিবসিবু? (য়েংবা থুনা-চঙশিন্দুনা য়েংবা.) হাইউ অসিদি মাগী মনাও মুপ। মনিহারনিনা (খুবী চিক্লুনা—খল্লগা ইমুঙদা চঙখিবা, মনিহার (মুটতা) চঙলকপদা ময়াম্বগী মতৌ উবদা, লেপ্তুনা তরুঙদা য়েংদুনা লৈবা, রুমাল লৌথোক্লুনা মপি তৈংথোকপা তগ্না চঙশিন্দুনা চৌকিদগী মথোঙ থাংথবা, টেবল ইপ্থোক্লুনা পমদুনা পুথোরকলগা, মকম চানা অমদা হিপহন্দুনা, খুকউ নামা লৈপাক্লা তাদুনা মোন থাঙহনবা, মপি খিংবা ঙমদদুনা, রুমালনা তৈথোকপা।

মনি—(কপ্তুনা) পাবুঙ! কাবগী মতোল লোমদ্রবা. কুম্বগী মথোঙ ফংদ্রবা. নোং চুদনা অকিবা ফংনা নাল্লবা ওন্থোকপা লম্বী অমদা চৈপু য়াওদনা চৎপিরম্বদগী পাবুঙ। নহাক্তি ওন্থোক্লা বারম্মেদা। পাবুঙ পাবুঙ! (একা থোঙজিন্দা তুমিল্লা য়েংবা)

মেঘ—(মমিক্তি পাঙদনা মথুং হাইদোক্লুনা) কনানো?

মনি—পাবুঙ! ননাও মনিহারনিনে।

মেঘ—মনিহার-(মমিং খরদং পাঙথোক্লুনা য়েংবা)

মনি—(হরাওনা মুক হোগতুনা) য়েংবিয়ু পাবুঙ! ঐহাক হায়গী মনিহার অদু নত্রে; থোঙ-খুং শোয়দ্রবা, অশেংবা তাইবঙ মী হায়বদু ঐহাক ওহরবনিনে পাবুঙ (থোঙকাপ ১।২ চৎপা) য়েংবিয়ু পাবুঙ।

মেঘ—(মমিং উইশিনখিদুনা, তম্বনা) কৈ ··কৈ।

মনি — ( চঙশদুনা কমথরগা ) পাবুঙ! চহি কয়া তুম্বিরক্লে।
হৌজিক কাওবা পেনবিত্রিব্রা ? মিকপ খোকপিবা য়ারেনা
পাবুঙ ?

মেঘ—ঐ ঙহাক্তা তুমখিগে লাঙগনু।

মনি — ( কপ্পুনা ) পাবুঙ! লাইর অনং, অক-মুংঙাই খায়দনা
মীপুম খূদিংমক্কী চঙজক্কম ওইরমবা নহাক্লা, সমাজগী
মাঙন নবগী মশক ওইরবা কাঙলুপকী মুপী অমদি য়ুগী
নিশানা ইস্ত্রি খুতুম চনখিবদগী পাবুঙ নহাক্কী নমিৎ অসি
তাঙলখোই। ঐহাক্কীদমক্তা খনবদা, পুন্সিগী মুংঙাইবা
শরুক কয়া থাদোক্লক্লবা নহাক্লা, নঙনা ওইহন্নীংঙবা, করম্বা
মতমদা অমুক্তং ইমিৎ অসিদা উরকখিগদগে খনবদা থাজব্রবা,
অদুবু ঙসিদি তাইবঙ মঙকাওনদুনা নমাঙদা লেপলরবা
ফাওবদা উবা ফংবিব্রবোহদকো পাবুঙ ?

মেঘ—ঐবু ওংলগনুনে, ঐবু ঙাহাক্লা পোত্থাগেনে একাশিনী।

মনি—আঃ মীওইবগী লমকাংলবা পুন্সিদদি লম্বী খজিক্তং
লান্দুনা লম্মুকনখ্রবদি অসিগুম্বা দশা ফংই হায়দুনা মী-
পুম খূদিংমক্কী মকমদা পাবুঙ। নহাক্লা তাক্লিবরনে ? ....
ওক্লে পাবুঙ ওক্লে ; অমম্বা সংসারদা খোঙদাবিবা ওক্লে।
হৌজিক্তি অঙাম্বা সংসারগী খোঙচৎ কায়ব্রবা প্রকৃতিগী
খুৎসেম অসি নৌহৌনা য়েংবিরো। পাবুঙগী মায়য়োক্তা
খনলম্বা, খম্মোয়দা অমুবা মমি তাহনলম্বা, পর্দা মচেৎ
অসে ননাওনা শেগায়জরনি।

মেঘ— You cunning (ইউ কন্নিং) চৎখ্রো চৎল্লু ঐগী ইনীং ইখা তম্নবা পুন্সিবু নঙনা ফাজিন্দ্রনা থমনীংই।... নঙ কন্নকপ্রা... ? মসিদা নঙগী নখৌ করি লৈ ? Do your duty ( ডু ইওর ডিউটি ) চৎখ্রা চৎলু।

মনি— ঐনা পাম্মুজে, পাবুঙবু ঐনা কন্নকচে; মসিদা ঐগী ইথৌ লৈ ; ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌদি শোয়দনা পাঙ্থোকচগনি। ঐহাক অসিবু ঈ মতুমদগী ইমা ইপা শক্লুনা, নহাক্কী ননমদা চাউননবা য়োকপীরক্লুনা, ঐগী ফিভম অসি ওইহনবিরে। অদুবু পাবুঙগী লম্মনদি ঐনা ঙসি ফাওবদা, করিগুম্বদম্ব শিংজখিদ্রি। অদুনা পাবুঙবু ঐগী নমদা পোদুনা পুজগনি। ঙসিদগী হৌনা পাবুঙগী লমন অদু ননাওনা শিংজবা হৌরগনি।

মেঘ— নঙ চক্রে; ঐ খঙই ওক্লবা নতৈমা অদুগী থৌইনশিন্দগী, নঙনা ঐবু মফম অসিদা ইকায়বা পীবা লাকপা নক্রা ? চৎলো সংসারসিদা ঐগী কনা অমত্তা লৈত্তে। মত্তোমত্তা লাকপা মীওইবা, মত্তোমত্তা চৎখিগদৌবনি। হৌজিক্কী মতমদা ঐগীদমক্তা বাবিবদি নবেম্মা একাশিনীতনি। নখোয়গুম্বা থার্ড ক্লাসনা মফম অসিদা চঙঙকপা য়াত্রা ?— চৎখ্রা চৎলো।

মনি —(শাউরগা) চুম্মি মফম অসিদা চঙঙ্রবদি, পুন্সিদা কোকঅরোইদৌবা বদনামগী মচু অদু চুরবনি।... (নোক্লুনা) পাবুঙগীদমক্তা খনবদা তুম্ফম, চাকম খঙদনা রাজরবী।

কালগী সন্তি অথোইবী, শকহেনবী, অসিনা পাবুঙবু লুনা চান্না তৌবগী খুদমদি, ঙসি উকুল মরক'সিদা ওন্দুনা লৈরম্মিবা অসিরা ?

মেঘ –( শাউনা মকোক খরা হাইগৎলক্লুনা ) Oh, you rogue, Don't disturb here ( ওহ, ইউ রোগ। দোন্ত দিস-টরব হিয়ার ( মঙক হাইথনা ) .

মনি—পাবুঙ! নঙনা শাগী সমাজদা তিল্লুবদগী, শাগী লমচৎ অদু হৈনখিদুনা ঙসি কনাগী মফমদা লানজরক্লবী কনাদস্তু ধর্ম্ম কায়ক্কদ্রবী ঐগী ইতৈমবেম্মা অদুবু, নঙনা ওক্লবী শীংদা চনহল্লবমিকো। নহাকীদমক্তা রাজখিবনা নহাকীদমক্তা খনখিবনা, জ্ঞান মাঙদুনা অঙাওবীগী মতৌ-গুম্না লমজাও শোরক কুঙলবা গাড়ী মরক্তা চৎপদা মথরাইমক্লি হায়না খন্দুনা থমজরবা ইচা আশা কুমারবু য়াওরি হায়বা ফাওবা কাউথোকখিদুনা মমুং মতম চাদনা গাড়ীনা শোক্লুনা শিখিবা নত্রা ? অদুগা নতোমতা লাকপা সংসার অসিদা নতোমতা চৎচখিবা য়ারবদি, ইতৈমা, ঐ অমদি বাড়ি সবন্ধ খুদিংমক চেম্নরিবা করি-গিনো ? নঙগী রারীতনা অচৎ অওং খুদিংমকী লম্বী তেম্নরে. অসি'কাওবদা, নংগী মাঠা অদু, কন্নিস্তু লৈত্রবী সুপী অমনা কুপ্পা শুগাইখিবদগী নঙনা খঙবা ঙমদ্রব-নিদো। .... মী ওইনা পোক্লগা অসি য়োৗনা লৈখা তানা হিংগদোবগী শরুকপুদি হু চাদুনা শিজখ্যোবা (মমায় খুৎনা খুমহুনা কপ্পা )।

একা— ( থোরক্লুনা ) করি থবক্তী ওইবিরবনো ? ( মনিনা মুন্না য়েংবা ) ঐগী নিপা অসিগা উন্নবিগদোবা ওইরবদি হয়েং অয়ুক লেংবিরকউ। ঙসিদি কয়া খুদোং চাররোই। মুংঙাইবা থরা হেল্লমায়ে।

মনি—ও! অদোমগী নীপা ওইরে। ঐখোয়গী বাবু অসিদি মুংঙিগী তত্তনা, অস্তুম্না হেক হেক মুংঙাইত্রা ?

একা—বাবু। মসি ঐগী ইরায়বক থীবনি। মসিদা তোক-পিয়ো হায়রুরে আত্মা আরাম্নি হায়দোকইদো, মসিদা থরা হেন্না ঙাঙহুরে, চৈদা চাত্নুনা তোকইদো, ঐদি মুঙ অনিগী মরক্তা "হা" হায়বদো ওইরবনে। ওক্ত-শিংত্রবসু ইপুরোইবনিনা হন্দোকপদি য়াদেদো। মসিগীদমক্তা থন-বদা দিবা নিশিদা চিন্তাদা ওইতুনা লৈরবনি।

মনি—ও! কৈশু লৈত্রবা নিপা অসিগীদমক্তা Sisterগী মমল য়াম্মবা পুন্সি, অমদি মীপুম থুদিংমক্তা ইকায়নীংঙাইগী মশক ওইরবা নীংথিজব্রবা, মমল য়ামলবা চেংলৌ অদু অরেম্বদা মাঙহনবিরবনিকো। আঃ মুপীগী মপোক ওম্থোক্লা তোনখেদকো।— বাজরাণী ...

একা—অদুনবু, মুপীগী মপোক পাপনি হায়রিবনি।

মনি— মানি, মানি থাচৈশেংবা পাপকী মপোক্লি। অদু পোকঙম-দনা পোক্লবা মীওইবগী মপোক্লি ; থম্মোয় অদু, থরা চাউথোকপিরোদনা, ... আঃ হায়বদি অসিনিমা, ঐখোয়সু অদুক য়াম্না শক থীবা, লুপাকাপু রাৎপা মীশক নচ্চদে।

ঐবু ওসি য়ু খরদং পীবকপিদুনা, ঐগী মতম কুইনদগী বারক্লবা মৈচাক অসি, ওসি অসিদগী কোকহনবীরোদনা ।

একা—হাই নিপা! নওনা ঐ অসিবু মাগী নিপা লৈনা লৈনা অতোপ্পা নিপা অমগী সেবা তৌবা ওবী, ওক্তবা মুপী অমনি হায়না খনব্রা ? ইস ইমাইশেম্মা (থবাক য়ৈদুনা) ইপুরোইবগী মনাক্তা লেওদনা লৈরিবী ঐবু "মহাক্কী সেবা তৌরোকা" হায়দনা ওস্থোক্লা পব্রারবু লৈশ্রেনে । (কপশময়দুনা) মসি ঐনা হায়বা য়াবিবদুনা, মানা য়ু খকপা, ওক্লবা অমা ওইবদগী, করিস্থু পৈরবা অওাং অমনা ফাওবা, ইমুম-মক্তদা চওওক্লনা ঐওোন্দা করেম-নবা ওম্ম-বনিকো । —(শাউনা মেঘগী মনাক্তা চওশন্দুনা মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলগা) সে হৌগৎলু, য়ু খকমখো লাও-করিগী ভূমদুনা লৈরি, পেলব্রা? নওগুম্বা নিপাবু ইপুরোইবা ওইদুনা, কনানা উশিংশিগনি ।

মেঘ—( মমিৎ পাওদুনা মওক হাইগৎলগা ) কৈদৌরিব-গেনে পওলাওদা লাওবসিবু ?

একা—করি তৌনি নয়ুদু য়াম্বা থকউ ।

মেঘ—অদুবু কৈদৌরবগে হায়বা ।

একা—হো ইবুংঙো । নও অমা ইচাউ চাউনা লৈ খওনা খওনা' নওবু উশিগুবদগী, মাগী সেবা হৌজিকমক তৌগদৌবনি হায়না খুদাং পায়দুনা চিংঙিবনিনে । ( মনি জ্ঞান তাদনা লৈবা )

মেঘ—( মুক হৌগৎপা-মখা য়াম্বা হাইবা ) করি ·····ঐ লৈনা

লৈনা নঙবু ক্লোয়বা লাকইবা.........( হাইনা ২ চঙশিন-
লক্লুনা খুবায়া ওয়া ওয়া মণিহারদা থাবা ) বদমাস ! নঙ
ঐবু মশক খঙব্রা ? ঐগী খুপীবু নঙনা লৌগে পারবা হা-হা-হা

মনি—( মমায় খুমডুনা ) ও । পাবুঙ —

মেঘ—পাবুঙ Get out ( গেট আউট ) মীগী নিপা লৈবা
নিপিদা উশিঙ্গবদি নথবাই অদু মাঙগদৌবনি ।

মনি—( মনাকোং মেল্লুনা ) ওকএ পাবুঙ ওকএ......( জ্ঞান
তাদনা তরঙদা থোকখিবা, মেঘ লেপ্লদগী ডম্মকুডুনা
টেবলদা শোরগা অমুক হিপথবা )

একা—হুম ! ডাকুয়গী য়ুবমদা থরদং খঙককবা য়ুহাক্রা, ঐঙোন্দা
অহৈ অশিং শাবা য়াব্রা ? খুবাক চাডুনা হনখোদো (নোক্লুনা
ইমুঙদা চংগে লৈরকপদা নাকল ১ দগী হুরানবগী মিং-
য়েংদা কোইরূপ ২ য়েংহডুনা ফীজোল মোৎনা মকোই চোপ্পা
রনবির ফিংনা চঙলক্লুনা )

রন· একাশিণী !

একা—হাইমা তামো ! কদোমদগীনো অঙাও অকৈদৌনা তৌ-
বিরকইবসিবু ?

রন—নঙনা মওং তানবা, কনা লেপ্পিরবসিনা অঙাওবা ঐগী
ইওং-ইতৌ অসি য়েংবদা মহাক পেল্লরিনিদনা । (মেঘ
জ্ঞান থরা তারক্লুনা তুমিয়া তাবা ) ।

একা—কুরিকোমে হায়রিরিবসিবু ?

রন—একাশিণী ! নঙ লৌকিক ঐঙোন্দগী চেম্লুনা হিংলরোই ।

ঐহাক্কী ইমিৎ অসি উরে। অদুগা মীপুম খুদিংমক্না ঙক্সরগদৌবা, লোক অমত্তদা কৈ অনিবু মতম অমত্তদা চহি ৬। ৭ পু ঙঙনহন্দুনা, চিরহনদনা থম্বা ঙম্বা অসিগী দমক্তদি ঐনা নঙবু থাগত্তবা ঙমদে। মীনা লাক্ল ফানবা য়াদ্রবা চেক্লা অনিবু নঙগী কৌনম লাং চন্দুনা, চেক্লা তিঙ্গোং কাঙ্গোংগুম, নঙগী খোম্মোক্কী তুংইম্না. খোংহন্দুনা থম্লকইবসি, অতাবা অথঙবা খুদিংমক্না ঙত্তবা হম্মোই। নঙগী নয়ুম অসিদা লৈরবদি মতুংদা অহল লম্মম্না বা ঙাঙ্হকনি হায়দুনা লুপা লিশিং নঙগী থোরাংবু ঐনা খঙঙোই খনব্রা?

রন—১৭। ১৮ চঙদুনা অতোপ্পা মফম অমদা য়ুম শাহল্লে; লুপা লিশিং ১২।১৩ না নোংম-নোংমগী খজিক খজিক লৌশনখিবনা হৌজিক কদায়দা লৈখে, কদাইদা চৎখ্রে হায়বদ্রাদি নঙ-তনা খঙঙিগনি। হৌজিক্কি লুপা ৩০,০০০ মাঙহনবগীদমক্তা পুলিসনা তুংদা কোইতান তান্নরি। ঐগী লোৎফম লৈরক-ত্রবনি, মাইকৈ মন্নিমক্তা পুলিসনা পূমকোই কোইশিন-খ্রবনি। ঙসি ঐনা মফম অসিদা লাকইবসি, অরোইবা খোঙফমনি। হায়য়ু নহাক্কী নরমগী দমক্তা মাঙলক্লবা ঐনি। পুলিসনা মনম ফংলরোইদৌবা অদুগুম্বা মফমদা ঐহাক চৎপা তারবনি। মসিদা নঙ ঐগী ইতুং ইনগদ্রা ইনলোইদ্রা?

এবা—(নোবশহদুনা) হে, হে, ভামোনা অদুক য়াম্না শাউনা মায়-মিৎকা ভাঙশচ ঙাঙনা লুতোন কাদুনা লাকপিরিবদি মরম অদুগীদমক্ত। ঙইরেকো। ঐনা নীংজবা খুদিংমক

তামোগী উপায়দগী থুংজরকইবনি। হৌজিক তামোনা অরাবদা তারে হায়রুনা মায় লৈহুনা চেনজগদোবা একা-শিনী নচ্চদেয়ে। পূন্নমকসি তুংগী মহুম চাউন-নবা শেমজরকপনে। অতুগা থানানা শৌ শারে হায়বিরিবতুবু একাশিনী ঐহাক লৈরিভৈদা মখোয়গুম্বনা কা হেঙ্গিনলকপা মতীকলাও? লুপানা পন খাতুনা ময়ায়দা থমজগে। করিগী অতোপ্পা অমদা চেঞ্জরুগদগে। (মেঘনা মঙক থাঙ্গত্তুনা, খঙহন্দনা তাবা) ঐগী সিদগী হেন্না ফবা করম্বা মফম লৈখিগদগে? (মেঘ উরক্তুনা, খল্লুরগা) অদুবু মসিদা ঐনা চিংনবা অমথক্তুংদি লৈজরিয়ে।

রন—করিনো?

একা—(মেঘদা হন্না য়েংঙমগা) 'সোম ইমুংলোমদা অমুক্তা চঙবীরকউবা। (চঙখিবা, রনবীরনা ভাহাক খল্লগা চঙ-খিবা, ২ না চঙখিবদা মেঘনা মকোক থাঙ্গত্তুনা য়েংহৌবা মমুংদা রাবী শান্নরকপা)

রন—(মমুং) করিনো নঙনা চীংনরিবু? (মেঘ তাবা)

একা—(মমুং) ঐনদি তামোবু পুন্সিহুন্না মফম 'সিদা লোংচগে হায়না খঞ্জরি। অদুবু য়ু-হাওবা অসিদি লাকমু হায়না ফন-থীনা হায়রবসু মঙোন্দা কান্নবা লৈখিদ্রে। মানা অসুন্না য়ুম অসিদা নৈশন্দুনা লৈরবদি, তামোগা ঐগগী আশা কায়বতা নত্তনা, মানা থানা ফাওবা তাক-লকনি। তামোনদি ঐবু তৌঙম্বীনি হায়দুনা পংশাউদা

শাউবী, অঙাওবা, চিন্থিবা অসিগী মমাঙদা তাবো ঐংখোয়নি অমত্তা ওইবা অহু উংন্নীংদ-দনা তৌবনে।

রন—( মনুং ) হেন্না, খরা পিথকঅগা, কোচিন অমদা পঙনম নমশন্দুনা থম্বা য়াবা অঙাওবা অসিগী ব্রাবু রা ওইনা খল্লুরে।

একা—অদুবু হায়বিরিবসিবু অঙাওবনা থাবা মৈদি য়ুম চাক্তুবরনে ?

রন—( মনুং ) অদুবু নঙনা কৈ:দোসি হায়রিবনো অপাম্বহু হেক্তা হায়য়ুনে। ( মেঘনা মশা হাইনা হাইনা হৌগত্তুনা থোঙ-জিল ময়াদা তাবা )

একা—( মনুং ) তামো মসি ঐনা অহুম খনবদা; য়ুদা কানি তোলা অমগুম্বা নৈখাইরগা হেক্তা পীথকঅসিনে ।

রন—( মনুং ) ওল রাইট ! মহু য়াম্না ফত্রে; ডাক্তরগী পরিক্ষা-দগু মতোমতা হেন্না থকচনবদগী শিঞ্জবনি মরাইনা হায়ররনি। অদুবু কানিবু নৈত্রাও ?

একা—( মনুং ) অহুগুম্বা পোত্তাহুদি ঐঙোন্দদি ব্রাংচদেয়ে।

রন—( মনুং ) অহুদি হৌজিকমক থোরাও তোরো। থোক পিথকঅগা টেক্সি অমদা হাপ্তুনা পুরগা, মখোয়গী নৈকোল অচুদা হুনজনবিরম্মগা লোইরে……। ( মেঘনা মপুক্রিং সুংশিনা রাখল খল্লুরগা, নৈশনলক্তুনা, শাউখিবদগী টেবলদা মখুৎনা ফুবা। ) মী থোরকপগী শউম ফংবা, হিপ-থচুনা তুমশন্নবা, একা রনবির থোরক্তুনা য়েংবা )

একা—এঃ মখোঙনকা টেবলদা কাওবা ওইরিনিদা

রন—উম! (২ ইমুংদা চঙখিবা, মেঘনা মশা হাইনা হৌগৎলক্তুনা নাকল অমদা থোকখিবা, গ্লাসতা কানি য়ানবা য় পুথোরক্তুনা থোরকপদা মেঘ লৈরমদজুনা ইংক ঙকপা রনগা থাপ্না চৎপা উরক্তুনা রাখল খল্লগা টেবল মনাক্তগী লিক্লি পায়দুনা তাম্নখিবা)

একা—(নোক্তুনা) অঙাওবা অসিবুনা মাবু হেক হাঙোকহন্বা মাবুনা থানা তাক্তুনা হেক ফাহনবা, ঐনা অনৌবা সংসার অমা য়েংবা। হুম! নখোয় তসিবু মীরক হিল্লবা, সঙ্গ তৌরবা মপানিকো। কৈন্ন লৈত্রবী ঐগুন্বী মপী অমা ফাওববু নখোয়না খুদুম চনবা ঙংদ্রবনিকো। (নোক্তুনা ইমুঙদা চঙখিবা)

---

## ২ শুবা অঙ্ক।

### এ [illegible] উৎপা।

## লম্বী। অহিং নোংয়াই।

(মনুংদা লিক্লিনা থাবগী মখোল তাবা, মেঘ "ও" হায়দুনা মকোক্তা ঈনা পুমঙাং ঙাঙনা মপান্দা ভুরবা, লিক্লি অকায়বা মচেৎ পায়দুনা রনবীর চঙলক্তুনা)

রন— নহালমখৈ নঙনা ঐগী মরম খুদিংমক্তা ভয়েৎপা ওইরকপা, ঙসিদি নঙগী মুমিৎ শুরেদো। (লিক্লি থাঙৎলক্তুনা

লৈকায় মমাঙ অসিদা ইকায়জৈ। হায়গদৌবদু হেক্তা হায়য়ু।

S. I.—(নোক্তুনা) ও! ইকায়বিবোইয়ে। অমুচৌ চঙুক্তবস্থ য়ারনি। কদায় **warrant** (বারণ্ট) পীরকউ। (মখূৎ তিংথোক্তুনা উইংস মরুমদগী ফাইল বুক লৌবা, ফাক্তোকতুনা) মসি অমুক্তং পাবীগদ্রা?

একা—(মুন্না য়েংঙুরগা) অদুম পারকঅবস্থ য়ানি।

**S. I.**—(পাবা) বারণ্ট নম্বর 2249 /B/' 64 ইম্ফাল **P. S.** শ্রীমতী লাইরেনজম একাশিনী পিং মংলেম সিংহ সাং কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাইদা লৈবীগা শ্রীময়েংবম রনবীর সিংহ সাং তেরা কৈথেলদা লৈবা অসিগা লৌতুনদুনা. শ্রীখুড়াইজম মেঘনাঠ সিংহ সাং মোইরাংখোমদা লৈববু লিক্লিনা থাদুনা, য়ুদা কানি য়ানশন্দুনা হাৎননবা থৌরাংডি হায়বসি **accuse** (একুইজ) নং **11** গী জাবান্দগী খঙলদুনা, 307. **I. P. C. attempt to murder** (এটেম্পট টু মারদর) সেক্সন অসিগী মতুংইন্না **accuse** নং **11** একাশিনী দেবীবু দেন এণ্ড দেয়ার লৈরম্বা মফমদগী ফাগদৌবনি। বাই ওর্ডর সুপারিন্টেণ্ডেন্ট ওফ পুলিশ মণিপুর তাং ৩/৮/৬৪ইং **A.D.M.**

একা—সত্য ওস্থোরা ওকচরে, কিজরেদকো মখোয় নিপা মশেল ময়ু থকচল্লগা লমজাউ শোরক্তা পঙখৎ-খৎনজবা অদুবু ঐবু চেনশনবীরকইনে। (নোক্তুনা) নোকপু নোকচনীংইনে।

অসিগীদমক্তা ওইরে. অদোম্বা থানাগী ফিজেংকা শেত্তনা অরোম্বা সিভিলিয়ান ড্রেস শেত্তুনা) কন্সটেবল খরবুনা মপান্দা নাথৈদুনা থম্লগা, য়াম্না চেকশিন্নকা চঙবীরকইবসি, করিসু লৈত্রবী মুপীমচা ঐ অমবু ফাননবা থোরাং ওইরেকো।

S. I.—হোয় মনীং মখা তম্না, কোইপাট পাইবা ঙম্বা, চেক্লা জাত্তা পোকপীবনা, করিগুম্বদা নাম্থোক্লুনা পাইখিবসু য়াই হায়না হান্না খোঙদা য়োহ্লিং মচা অমত্তং থাংজবনি।

একা—থানাগী ফিজেত্তবু চঙলকঅবসু. অমবু ওইনা চঙলকঅবসু চেনবীগদোবা, লোৎপিগদোবা একাশিনী নত্তে করিসু খঙজদবা, কনাগী মফমদসু লাঞ্জরক্লুবী ঐনবু কনা কিদুনা লোৎকদোরিবনো ?

S. I.—লাল্লমদবা য়াই; অথন্নরবা নিপা অনিগী পুন্সিবু, চুপ্তুনা মরল-মথুম তেংনা লোথোকপদা নত্তনা অমবুনা মথায় মাঙননবা, অমবুনা মীহাৎপগী দণ্ড ফংননবা থোরাংবা ওম্বী ! নঙনবু কনাগী মফমদা লানগদগে ?

একা—মদু ওইরম্বা য়াই, ওইরমদবা য়াই। মাদুনা থাঙ্গৈশেংনা ওইরম্বা তারবদি, নখোয় নিপা হায়বা জাৎ অসি, ঙাহাক্তী অপাম্বনা খুদুম চনবা ওম্বা, শাগী মপোক্তা পোক্লবা কয়াদা ভোনথ্রবা জীবনো ? ইচম চমনা মপুন্সি লেন-জরবী ঐগুম্বী কয়াগী মপুন্সিবু নখোয়না শাম্নপোৎকুম থন্দুনা, খোঙপাক্লা নৈহত্তুনা থম্বোরি। অহুগা মুপীগী

অমুক্কা থাগে তৌবদা, মনুংদগী S. I. না টোর্চ লাইট কাপ্লকপা খঙলেপ লেপ্তুনা ) পেট্রোলিং পার্টি ( পাকথদুনা চেনখিবা S I. টোর্চ লাইট কাপ্তুনা চেনশিল্লকঅগা চেনখিবদা য়েংবা, খল্লুরগা অশোকপদা চঙশন্দুনা )

S. I.— কনানো মীদি ( লৈখক্তুনা কাপ্তুনা য়েংবা ) হি-অসিদি মেঘনাঠ বাবুনিনা। ( ফুরিৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লুনা ঈ নপথোকপা, খল্লুরগা হুইসেল খোংবা )

## ২ শুবা অঙ্ক

## ৮ শুবা উৎপা

## য়ুম্ময়া লৈকোল।

( লৈকোল অসি হান্নগী মতৌগুম লূ·হেন্লে লৈদি শাত্রি-টেবল চৌকি লৈরে। অচম্বা পাইজমা-কমিজদা ব্রাখল তৌদুনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরি। কেবল ফিংনা চঙলক্লুনা)

কেবল - ইবুংঙো। (মনিনা খুরুম্বা, ওকপা) নপাবুঙ কমদোরে ?

মনি — ওঝা করিস্থু থোইদোকপা তৌররোই। অদুবু—

কেবল — অদু কৈদোরবা ইবুংঙো !

মনি - ওঝাবু, লিক্লি মচেৎশিং অদু অশোকপদা খরা চঙঙম্মে। লৌবদি লোইনা লৌথোকচরে। অদুবু মতুং অসিদা ব্রেন ঈফেক্ট লৈরিগদ্রা হায়না খরদংদি চিংনজে।

কেবল - ইবুংঙো হিংদবু হিংলবদি, ঙাওগে ঙাওরশনু কৈগে

ফৈরশন্নু। চথোকহন্দনা য়ুমদা লেঙদনা থন্মগা লোইরে। হৌজিক্তি মীরোলদি তারব্রা ?

মনি—(ঘড়ি য়েঙলগা) হোয় হৌজিক্তি বা ঙাঙনবা কয়া মুঙাই-খিরোই, হোরেল পুং ৮॥০ তাবা অদুরাইদদি মেন তানা ঙাঙনবা য়াগনি।

কেবল—ও ! (কেবল য়ুমলোমদা চঙখি, মনিনা কোয়চৎ চত্তুনা রাখল তৌদুনা লৈহৌই)।

## ২শুবা অঙ্ক

## ১ শুবা উৎপা

## একাগী দলান

(হান্নাগুন্না চৌকি-টেবল লৈত্রে; একানা বেগ পায়দুনা ইমুঙদগী ফিংলপ থোরকপদা, S. I. সিভিল ড্রেসতা চঙলক্তুনা মায়োরুবা, একা খন্না হন্দোক্তুনা)

একা—করি থবক্কীনো ?

S. I.—ঙসিদি থৌগল অমুক্তং ফংজরগে হায়দুনা.... ....

একা—(পৈদুনা) হুম...(থৈদুনা চৎকে তৌবা)

S. I.—(থত্তুনা) লেঙমিন্নরশি ঙাহাক্তা ঙাইবিখো (মমুঙলোমদা মমায় ওনশন্দুনা)

**Constable—(off) Yes sir.** (এস স্যার)

একা—(য়েংঙুরগা) মখোয় অসিগুম্বা জাৎ অসি চঙহনবিরকম্নু,

সমাজবু সংস্কার তৌগে, মুপীগী মগুণ খঙহনগে হায়বগী-দমক্তা ঐনা ঙসি ওক্তবীশীংদা চনবনি। নখোয় মুপা হায়বা জাৎ অসিদি মুপী ঐখোয়না মেৎ-মেত্তুনা ওইহন-নীংবা মওংদা শেমদোক শেমজিন য়াবা তোল্লবা শাগী মপোকনি হায়বসি খক কাউগনু। নত্রবদি মণিপুরগী মনুঙদা ৱাখলদা, লৌশিংদা মীখোই মীহেল্লবা মেঘনাঠ, রনবীরনা, ঐগী মিৎয়েং অমদা অয়েকপা মূর্ত্তিগুম, কৱিগী-দমক্তা পঙথরমগনি। কৱিগুম্বা কান্নবা, তোংজবা অমত্তা লৈত্রবা নিশা, য়ু-গঞ্জা, কানিগী মখা পোল্লবা, কৱিস্থ লৈত্রবী মুপী অমগী মিৎয়েংদা ঙাওদুনা চেনবা, নখোয়গুম্বনা লৈবাক্কী মকোক ওইরবদা জাতি অদুনা, চাওখৎখিগদ্রা? নোংমা নোংমগী মনিং হঞ্জনলক্কুনা, পৃথীগী জাতিনা মণিপুর কৌবা লৈবাক অমা লৈরম্মি হায়বা অসি ফাওবা কাউনখ্রদোবনি।

S. I.—য়াম্না মুংঙাইজরে। মুপীগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎন-নবা মী হাৎকে থৌরাংবিরিবোইয়ে। নহাল মখে মিৎয়েং অমদা তানবিরকপা লুপা ময়াম অদুদি কদায়দা থম্মীরিবগে?

একা—নঙনা মাদু ঐঙোন্দা হংগদোবা নত্তে; পুন্নমক কোর্টতা। থানা অমগী তৌফম থোকপা নঙগী ৱারন্ট অদুগী মতুং-ইন্না, বোট ফাওবা পুবা ঙম্বগী শক্তি অদু নঙগী লৈগনি (ফেৎ লৈদুনা পোঙনা কোইহাই হাইদুনা চৎপা হৌবা)

S. I.—Thank you লেংবিয়্ থৌগল অমুক্তা ফংজগে। মতুং ইন্দুনা নোক্কুনা (থোকখিবা)

২ শুবা অঙ্ক।

১০ শুবা উৎপা ঃ

# য়ুময়া নৈকোল ।

( নৈশু নীংথিনা শাৎলে; মফম অসি য়াম্না লু-হেল্লে। টেবল চৌকি অনি লৈ। ফৈজোম পুময়াৎ, সাল অমা ইন্নদুনা য়াম্না কেনা, মকোক্তা বেন্দেজ মচা অমা পুন্দুনা চা কপ অমা পায়দুনা, চৌকি অমদা মেঘনা ফমলি; নাকলদা মশম মনা তরু তরুনা, ইচম চম্বা ফীজোলদা চন্দোন চৱা তরু তরু থিন্দুনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা শান্তি লেপলি )

মেঘ—অচুম্বনি শান্তি। মী অসিনা মতোইনা হেনমন্না লানমল্ল-বদি, ইকাইবা অদু ৱাংমা লানখিদুনা, পঙথবা অমসু তশেংনা য়াওরবনি।

শান্তি—( নোক্লুনা ) লম ফাংলবা সংসারনি অদুগীসু মথক্তা মুপাগী মপোক্নি। অফ-ফত্তা লম্বী খূদিংমক চৎপিদুনা, সংসারগী মহাও য়েংবিরুবতনি। লমফাংলবা সংসারগী লম্বী খূদিংমক চৎপিদুনা চাং য়েংবিরুরবনিনা, তিত্থংনা শৌ শারবা ফত্রবা লম্বীশিং অদু খোঙদাফম নৈতে, চৎপা য়াদে খঙবিরকপদগী মায় নৈবিরক্লুনা, অনোবা অচূম্বা লম্বীদা চঙশনবিরকইবসি মঙাই, অসিদা করি অকায়বা লৈবগে ?

মেঘ—অদুগা শান্তি! ঙসি ফাওবা অসিদা ঐগী ৱাখলনা লাম্বা ফংদ্রবা, ওস্থোকপা অঙকপা অমগা লৈরি।

শান্তি— করিবু— ?

মেঘ— চহি ৬।৭ পু, করিমত্তা খঙহৌদনা, নখোয় খ্বাইবু নীং-শিংবা তৌদনা, তেল্লবা অহিং অমগী মঙগুম্না লেনখ্রিবা অসে, পূমঙক ঙকখ্রে। করিগুম্বদা ঐগী খরচ ৱাংলক্লগা ঐগী পয়শা পূম্নমক নঙনা লোৎশন্দূনা থমঙ্গ বনি নঙোন্দগী ফূদুনা নমদুনা লৌথোকনি হায়না, নঙবু য়াম্না তুকচ্চবা' য়েক্লবা অমা ওইনা নীংশিংলকই। অদুগা ঐগী খৱাইনি হায়না খন্দূনা থমজরবা ইনাও অমদি মরুপ মপাং পূম্নমক অসে নীংশিংনবগী পাঙ্গল অদু ঐঙোন্দা শ্বক্লে লৈখিদে।

শান্তি— কদায়দগী নীংশিংবিরদগে? মিকুপকী কাংদনা য়ুনা কোলোরোফোরম ওইদুনা, অশিবগী পান্দমগুম পঙথরবা অদুগী মথক্তা, সঙ্গ ফরবী, হৈ শিংলবী, মহাক্কী ষাদু মল্লনা, অমুকসু শুক্কাত্তুনা থম্মে; অদুদদি ঙায়োক চফুদা ঙা য়োকপগুম, চানীংবা মতমদা, ফা-ফাদুনা চাবা হায়বসি ঙাইদনা।

মেঘ— ওকএ শান্তি! মাগী মৱা অদু ঐঙোন্দা অমুক হন্না তাহনগনু। মাগী মৱা পনবদা ঐঙোন্দা অকিবা তুজুংবা অমা পোকই। অদুগা চুম্নগী হৌদাক হাপ্পা ইচম চম্বা লিক্লি মচা অমা ফাওবা, উবদা, মিনিট ৫/১০ দি কোক ঙাওখিবনা মক্কম অদুদগী হৌগৎপা ঙমদে। পুক অসি

মথক মথা ওনখিদুনা ওস্থোক্লা রানা থাঙই। ঈশিং থরদং থকপা তারবা ফাওবদা ঐগীদি লিক্লি গ্লাসতা পিগনু।

শান্তি—(নোক্তুনা) লিলনা চীকউরবা মী হায়বসি, অশিবা লিল অমা উবা ফাওবদা খংদুনা রান্থবা জাৎ ওইরে (মচিন চুপ্পা)।

মেঘ—অচুম্বনি শান্তি। য়ারিবমথৈ লিক্লিগী পাত্র অসি ঐঙোন্দা শুকউ উহনগনু।

শান্তি—উহনজরোই উহনজরোই নূংতেঙ্গোৎ, নূংগী পুথম নূংগী নূংগী নূংঙাক্তা হেক শীজিন্নরগা লোইরে।

মেঘ—(থল্লরগা, নীংঙমদনা) শান্তি। নঙ অমদি ঐগী ইনাও মনিহারনদি, ঐগী ঈরাল পূন্নমক অদু নোক্লা নোক্লা ঙাক-পীবা ঙম্মিদো। অদুবু ঐগী পুন্সি অসিমগী ওঝাগী মফমদা লানথিবা অদুদি, অমুক হন্না ঙাকপিগনি হায়বা ঐনা থাজদ্রে।

শান্তি—ইবুংঙোনা থনবিরিবা রাথল অদু, পাবুঙগী রাথলগদি, ওস্থোক্লা থাপনখ্রে। উজাও পামেলগী মতৌগুম, মরাই লুক্লবা, কালেনগী শারবা মুংশাদা, লম্বী চৎপা কয়ানা, মাগা ঽরমদা চৎজদুনা পোত্থাবিরুবতা নত্তনা কনাগুম্বনা পামেলগী মশা থেক্তুনা পুখ্রবা ফাওবদা পামেল মানা ঙাকপিবা নত্তনা কনাগী মফমদা লম্মন থুমখ্রবগে?

মেঘ— শান্তি!

শান্তি—থাজবিয়ু ইবুংঙো! অরোইবা ওইনা য়ুম ইথোল অসিস্থ, পুম্নাঙ মাঙথিবা তারবদা, ইবুংঙোনা য়োম্থোকপিবা মীশক

অদুদগী অমুক হন্না হন্দোকপীদুনা, ওসি ঐখোয়দা অমুক হন্না শিন্নবিদুনা, কনাগী মীৱা তাদনা ইকোম কোন্না লৈজবা ফংলিবসিনি। অসিদস্থ নতনা ঐবু পোকপীবা ইমা ইপামক্না ঐবু চঙজফম পীবিত্ৰবদা মহাক্তনদি পীবিহুনা, ঐগী মরম খূদিংমক্তা অৱাবা শরুক য়াবিরক্লবা অমদি শিবা য়াবা খোঙফম কয়াদগীস্থ কনবিরক্লবা পাবুঙনি।

মেঘ মুন্না থন্থরুরগদি, শান্তি! ঐ অমুক হিংনীংদ্রবনি। অমুকস্থ লম্বোইহুনা চৎলশিরা হায়বা ফাওবা খল্লবনি।

শান্তি—(নোক্তুনা) হোয়, হোয় পোইখিরো। মীনা অস্থক নহা ওইনা মতৌ করন্না লম্বোইখিবনো হায়না হংলগা, আঃ "মহৌশা য়ু য়াম্না থকঅন্দগী, হৌজিক্তি উপায় লৈত্রদুনা লম্বোইরবনি"; লম্বোইবা গুন্দানি হায়দুনা মরায়না হায়নজগনি।

মেঘ হুম! শান্তি! ঐগী থম্মোয় অসি নঙনা খজিক্তং খঙ-লম্বদি ঐগী নীংঙমদবা মৈচাক অসে নঙগী থম্মোইদস্থ ফাওরমগদৌবনি।

শান্তি—অদুবু কৈদৌরবগে? ঐখোয়না নীংবা ঙাক্তবু থুংলবদি, "নীংবনা অমা, তৌবনা অমা" মপুগী থুশেম তায়ওন্নবা তাইবঙ হায়বসে, কনানস্থ হায়নরম্মোহ। ঈচেলদা ঈরোইরিবা তাইবঙ মীওইবা কনানস্থ মপা থুংগদৌবা নত্তেয়ে। হৌখিবা থৌদোক খূদিংমক কাউথোকপিগ্রে। হৌজিক্তি ইবুংঙো মনিহারস্থ ময়ুম মকৈ পানবা মতম চারবনিনা, পাবুঙগা

তাম্নরগা, মুমিং অমত্তং লেপথোক্লবিরো।

মেঘ— এঃ ওঝাগা ঐগা উচ্চুনা ৱা ঙাঙনবা! মচুমা ওই-থোক্লবনি। ( মঙক হাইবা বেণ্ডেজ খরা কোমথোরক্লুনা) ইহে! বেণ্ডেজসি অমুক্পা কম্না পুল্লু. নাম্থরক্কদোরে। ( মকোক লুকথরকপা, শান্তিনা পুনবা হোৎনরিবঙদা. কেবল চঙলক্লুনা )

কেবল— দেহি পদ পল্লব মুদারম .....( নোকপা )

শান্তি— ( ঙক্লা, ইকাইনা ) আঃ— ( টেবল মথক্লগী কপ পুদুনা চেনশিনখিবা. মেঘনা চৌকিদগী হৌগৎলক্লুনা, ইকাইবা খাঙনা খুরুম্বা )।

কেবল— আঃ য়ারে য়ারে নকোক অদু পংোন নোম্থগনু ঙাওগনি। আঃ নশাদি হৌজিক কৈস্থ থোইদোকপা, মুংঙাইতবা তৌদ্রেদনা ?

মেঘ— হোই ( ইকায়বনা তৌফম খঙদবা )।

কেবল— ( মুন্না য়েংঙুরগা ) হাইট। নঙগী নশা অদু, য়াম্না হৈনীংদনা উববু. করম্বা মুংঙাইতবা লৈবগে ?

মেঘ— ওঝাবু! করিস্থ থোইদোকপা লৈজদে।

কেবল— লৈ, শোয়দনমক্কী লৈ। করিনো হায়য়ু—

মেঘ— ( কেবলগী থোঙ কোন্দুনা ) ওঝা ঙাকপিফম লৈত্রবা নচাগী ঈরাল অদু অমুক্তদি ঙাকপিয়ুনে ওঝা ( কপ্পা, কেবলনা তপ্পা শোগৎপিরগা )।

কেবল— ( মপুক্লিং মুংশিনা ) মেঘনাঠ! মচাগী মরালবু

মপানা অমুক ঙাকপা হায়বা লৈগ্রা ? লৈমিন্নরবদি চক্ষুদস্থ কেনৈ হায়বা লৈতে অহল-লম্মনশিংগী চাউরবা পাউরো লৈনা ......। মেঘনাঠ হৌজিক্তি ইপাগী নীংবা পূন্নমক থুঙলবনিনহৈ। ইপানা ব্লারম্বদি, নঙগী গুসি ওইরকইবা ফিভম অসি অমুক হন্না ওইরক্লরোইদ্রা খল্লু-বদা কপচবতনা ঐগী ইতেং পাংলকঅবনিদো ! হৌজিক্তি ঐ অসে তাইবঙ পানবগী জীব ওইদুনস্থ, অকাশতা থোকইবা নীংথিরবা থাজসে, ইখুৎনা পায়দুনা শান্নবা ফংল-বনিনহৈ মেঘনাঠ !

মেঘ— .... ওঝা ঐ অসে তশেংনমক. সংসার অসিদা হিংলুদুনা কান্নদ্রবা মীশক অমনি। ঐ অসিনা অফবা মীশক অমা ওইরক্লুনস্থ, ঐঙোন্দা চুপ্তবা বদনামগী মচু অসি অমুক হন্না কোকপা ঙম্মরোই ! য়ূ-থকপা অমদি ওক্লবী মুপীগা সঙ্গ তৌরবদি সমদ্রুদা লূপলবা, মীওইবগী অমুক হন্না কান্নবা তৌররোইদোবা জাহাজনি হায়না মতম অমদা ওঝানা হায়বিখি অদুনা ওঝা সমদ্রুদা লূপখ্রবা জহাজগুমলবা ঐহাক অসিনা, সংসার অসিদা অমুক হিংদুনা লৈজনীংদ্রে।

কেবল— (নোক্লুনা) নঙগী ব্লাখল অদু য়াম্না ফজৈ, চুম্মী অদুবু মেঘনাঠ ! ফৎলুদ্রবা মীপুম খূদিংমক অসি, পুন্সিগী ওইনা অদুম ফত্তবা য়াদ্রে হায়বা করম্বা ব্লায়েল লৈবগে ? কাউরব্রা মেঘনাঠ। মীহাৎ মীপুন পামজরবা জীববু অব্লাবা পীরগতা মহাক্কী অপেম্বা ওইজরবা রত্নকরনা জীব খূদিংমক্কী

লাম্নফম ওইরবা, রামায়ণ কৌবা ভগবান শ্রীরামগী কাব্য মতৌ করম্না ইখি। মেঘনাঠ! নঙ অসে, সমক্রুদা লূপ্লূরবা জাহাজ ওইদুনস্থ, বৈজ্ঞানগী পাম্বৈনা চিংখত্তুনা মীপূম খূদিংমক্কী মিৎয়েংফম ওইরবা নহাক্নি। অদুনা নৌনা হৌগৎলকইবা ইচিল ইনাও খূদিংমক্না নত্তবা চিঞ্জাক চাগে, নত্তবা লমচৎ চৎকে হায়না খজিক্তং খল্লকপদা, নঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক অ'সনা সাক্ষী ওইদুনা, কনানস্থ অরাম্বা লম্বীদা চৎলরোইদৌবনিনহৈ মেঘনাঠ! অদুগা মীওইবা মপোক্তুদি অরাম্বা খরা তৌরুবগীদমক্তা, অদুক য়াম্না থম্মোয় পীকথগদৌবা নত্তে; অকুৎপা লৈরবদি অতোংবা লৈগনি, অতোংবা লৈরবদি অকু পা শোয়দনা লৈবা তাবনি। হায়রবদি মীওইবগী পুন্সি অসি খূবাক খুনমদনি। মীওইবা খূদিংমকসি মপুগী খূৎশেম তুংইন্না, অফ-ফত্তগী মতেং লৌদবা কনা লৈবগে? অদুনা মীওইবগী অহানবা পুন্সিগী থৌদোক কয়াদি অরানবা কয়া ওইদুস্থ, অহল-লম্মন্না ভাকপী অমদি জগৎকী মপু ঈশ্বরনস্থ চানবী। মরম অসিনা রত্নাকরগী মতৌগুম থম্মোয় খুদুম চন্দুনা বাল্মিক ওইগদৌবনিকো মেঘনাঠ!

মেঘ— ওঝা .... (খোঙ পায়বা, চিংখৎপিদুনা)।

কেবল— হুম! অফবা থবক তানখৎলকপদা চিংনবনা মাঙওইনরবদি, মাঙ-ভাক্ন-নবগী মশক্নি। ইচাসিদি চিংনবা পূন্নমক থাদোকউ।

মেঘ— ( হায়ঙমদনা ) অদুগা ওঝা .... ... ।

কেবল— হায়য়ু করিনো হেক্তা হায়য়ুনে।

মেঘ ঙসি ওঝাগা ইপু মনাই লৈনরিবা মরী অসি, হয়েং তুং ফাওবা কায়নদনবা ... ....

কেবল—হে নঙনা হায়রিবসিবু অঙাংশিংগী রাফমলা-ও!

মেঘ - হোয়

কেবল—অদুগা ঐনা ঙসি লাকপস্থ অঙাংশিংগী মপুং মতমস্থ চারে; রাফম অসি নঙোন্দা হৌদোক্কে হায়দুনা লাকপনি। মসিদা ঐগী রা করিস্থ লৈতে, অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা কর্ম্ম অসি পাঙথোকসি হায়বা নুমিত্তা হেক্তা পাঙথোকঅগা লোইরে। লাও ইপাগী নয়া পয়শা ২০ থক য়াওরি। অসিনা চা গ্লাস অমমম থকমিন্নরগা রারোইপোৎ হেক্তা পুথোকঅসি।

মেঘ চাদি অঙাংশিংনা লোক্লরিনি!

কেবল—নঙগী অসিদদি ঙসিদি থকওইনে নয়া পৈয়শা ২০ অসিমা ঐনা রা লোইথোকপগী রানিনে। লাউনে মাঙ থারো লাউনে।

মেঘ—ওঝাবু ?

কেবল—ইহে চৎলুনে ( মেঘ ইকায়বা খাৎনা মাঙ থাড়ুনা, কেবলনা নোক্লুনা তুংদা ইন্নখিবা, বেঙ্গলী ড্রেসতা মুক্তিনা তুংইন্না চঙলক্লগা, খুবি চীক্লুনা ইকায়না )

মুক্তি পাবুংনা ঐগোন্দা মুন্না য়েংগপা, বাস্থ অমত্তা হায়রগদনা নোক্কুনা চৎখি্বসিবু ......( খল্লুবগা মমায় লৈরকপদা স্থট টাইদা মনি খোরকপা উতুনা, মরুমদা লৈশন্দুনা লৈবা মনিনা থুবপ্না থোরকপদা মখোঙ নামা কানশন্দুনা খোঙ চেপ হায়বা মনি খুকউ খুদক্তা কুন্দুনা তুবা ) ( শাওশন্নদুনা ) অন সিভিলাইজদ—

মনি—( শাউনা হোগত্তুনা ) ইন্দিকেট ( চৎপা হোবা )

মুক্তি—(থত্তুনা। করিনো মুপানা মুপীদা থেংজন্বা য়াত্রাও ? মী ইচাউ-চাউনা লাকইব্বু, নমিৎ অসি উজদতুনা, মীঙোন্দা লৌশিন্দুনা তুবিরগা, মানদুম হেন্না শাউবিরিনে।

মনি—আঃ শাউজদে শাউবা ওম্বগী পাজল অদু ঐঙোন্দা লৈজদে। ( চৎকে তোবা )

মুক্তি—শাউশন্নদুনা হেক্তা চৎখিবা য়াত্রাও ?

মনি—করি তাকপিখিগদোবা রাৎলিবগে ? চৈবিগদোবা লৈরবস্থ পুল্লপ চৈথোকপিরো। ঐ থবক অমত্তং চৎচবা তারি।

মুক্তি—অদুবু চৎপা য়াদে হায়রিবসিনিনে, ঐনা লাকইবসে, ডাক্তর অমগী দরকার লৈরদুনা লাকইবনি।

মনি—ও ! কনা ওমদবা য়াওরবগে ?

মুক্তি—( শিথ-শিন্নদুনা ) ঐ মারে।

মনি—এঃ করি ওইনমিনা ?

মুক্তি—খঙদেনে ডাক্তর বাবু ! করি লায়না হায়গদৌবনো ( মথ-বাক্তা মথুৎ নমদুনা ) স্থরাইগী মিহুনসে ভিং-ভিং শুঙচোংদা

চোংই, লৈতাফম সুকখঙ খঙদে। মসিবু ফহনবিরবদি অপাম্বা দক্সিনা অদু কংচগনিয়ে।

মনি—( মশাগী মথবাক পায়দুনা ) 'সুব্রাইদা মিহুনসি তিং-তিং লাউনা পঙচোংদা চোংবনিকো।

মুক্তি—হোয়।

মনি—ঐখোয়না তমঙ্গরকপা লায়য়েং লাইরিক্তদি মাদুগী লায়য়েং অদু থেংনজরক্তে অদুবু ঐনা খঙজবা লায়য়েং মখল অমদি লৈজ্ঞে।

মুক্তি—করম্বা লায়য়েং ওইরবনো ?

মনি—মসিগী লায়য়েং হায়ববু থোইদোক্সা মচাক চঙবা লায়য়েং নত্তে; থোক লম্বোইথোকপিরগা, চীংমান্দা কোয়চৎ চত্তুনা ঈশ্বরগী নাম শোনবিরো। অদু ওইরবদি মীহুন তিং-তিং চোঙবা অদু ফদুনা, লৈতানা লৈবীবা ফংগনি।

মুক্তি—বুদু ! অদুদনিনে ঐনা বুদু হায়রিবসে, নঙনা ডাক্তর পাশ তৌরকপদি মী কম্নবা নত্তে, মী হাৎন-নবনি। সে মসিগী লায়য়েংদি ঐ তাকপিগে। ( খল্লুরগা কোয়য়েং য়েংঙম্মগা, ইমুঙলোমদা চেনশিনখিবা, মনি ঙক্লা য়েংহৌবা মুক্তিনা মাগী চৈ অনী পুদুনা থোরকঅগা, চৈ পীদুনা ) সে, সি পায়য়ু। ( চৈদা শোইন্দুনা ওইথংবা মখোঙ অদু, হান্নগী মখোঙ য়াত্রিতৈগী পোজদা শেম্বা, মনিনা নোকমি নোকমি তৌদুনা, ইপঙ-পঙশন্নরনা তুমিন্না য়েংবা, মুক্তিনা হন্দোক্লুনা য়েংলগা ) অসিনা অহাম্বা লায়য়েংনিদো বুদু অদুগা

অনিশুবা লায়য়েংনা ( ফুল আর্টতা লংন লংনদুনা ঈশৈ শকপা, ঈশৈগী মভুংইয়া মনিস্থ শাউবা শাউদবগী আর্ট পীবা ;

ঈশৈ

হো অপণ্ডবা—— হো বুদু

অদুক পণ্ডবা নহাক্না, ডাক্তর অমা ওইবা

করম্নদি, য়াগনি ॥

লায়য়েংবদি চৎলগা, মীগী থম্মোয় খণ্ডনা,

লাইয়েংবদি ভমজহৌ ॥

অচুম্বনে সত্য ॥

শাউরমুও— শাউরমুও

এৈনা ফাগী তৌবনি, হো অশিংবা ইমাগীদি ইবুংঙো সাহেব-কীদি পূজারী এৈগীদি খোঙতেকপা ॥ হো খোঙতেকপা ॥

( ঈশৈগী অরোইবা পদদা মুক্তিনা টাই পায়দুনা চিংবা, ট্রে অমদা চা গিলাস অনি পুরদুনা শান্তিনা খোরক্লুনা মতৌ য়েংঙুরগা নোক্লুনা )

শান্তি— হো চা লৈরে। ( ২ মক "আ" হায়না হন্দোক্লবা, মুক্তি জ্ঞান তাদনা চেনখিবা ) মুক্তি চা থকঅখো লাউনে।

মুক্তি—(মপুণ্ডদগী) হো ওকএ শান্তি নোক্লুনা চণ্ডখিবা চৈ থাদোক-তুনা মনিনা হন্না য়েংঙুরগা, মুক্তি চেনখিবা মায়কৈদা ইকায়না চেনখিবা )

লোইরবা।